পাপা,

ঐগু উম্নবিরমদনা তুমিন্না চৎপিরম্মে নহাক্তি।

ঐনদি কপচৈ লোম্না লোম্না কনানসু খঙবিদনা, অহীং খুদিং।

কৎচরি লাইরিক মচাসিমক্তং নখোঙ থম্বালদা

অয়োনবা মীৎকী পিগা লোয়ননা।

## ৱামাঙ ৱাফম

মণিপুরগী অইবশিংমা মতম পুম্নমক্তা মায়োক্নরিবা মরু ওইবা সমস্যাশিংগী মথুংদা অমদি মখোয়না ইজবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবা অসিনি। অরাবসি কোক্নবা হায়দুনা খৃঃ কুঃ ১৯৮৮গী সেপ্টেম্বর তাং ৩ দা 'অইবশিংগী মরূপ' (রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল) কৌবা সংস্থান অসি ইম্ফালদা লিংখি। অইবশিং অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুল্লগা লিংবা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমদি অইবা অমবু ময়াম চঙহনা মতেং পাংবনি অমসুং মহাক্কী লাইরিক ফোঙহনবনি। অইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্নে অদুগা অপুনবা শেনফম অমা শাগৎতুনা মথং মনাঙ্ড নাইনা অইবশিংদা ফংহল্লি।

মরূপ অসিনা লাইরিক ফোঙহনা শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈরে। গুপ্নতগী অইবশিংবু পুক্নিং থৌগৎপা, তেংবাংবা অমসুং মতুং লৈরবা লাইরিক কয়া মথং মথং ফোঙহনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্নে হেন্না চোনহনবা অমসুং হেন্না ইনাক খুলহনবনি। থোঙজং অসি লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদনি অনৌবা তাপ্নো-লনগী মশক অমনি।

শ্রীকেলাম প্রিয়োকুমারনা ইবা "ঐথোয় মুন্নোম্নবা" কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি মরূপ অসিগী মরিগুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি থাইগী পুক্তা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল, জানুৱারী, ১৯৯০ ইং

# ৱাহৈ খরদং

মীনা শ্যানিংগনি পানিংলোই খণ্ডদে ইরুমবদি কোডনীং-লকই। মগা গৌরবগা অমুক তম্বরকই। কনাগীদমক করিগীদমক উরিবনো খন্নবদা। ওঙনা খল্লক্লিবদি, ইবদি কায়দে, অদুবু করিগীদমক্তা কোওলুম্মিবনো ? সাহিত্যবু প্যামজৈ হায়বতুনা, মীতৈ সাহিত্যগী মশক লেপ্পদা অমকপা মচেং অমা হাপচিনবা নত্তনা কয়িবু ওইগদগে। তম্বরকপা অসিনা লাইরিক নম্বদা কুইনা মতম চত্তখি। কোওদবদি য়াদে— রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী শেম্নং লৈরুবনা। ফোরম অসিগী পান্দমশিংগী মথুংদা অফবা লাইরিক পুথোকপা হায়বদুগী ওয় তৈনবসিগীদমক ফোরমগী মেম্বর খুদিংনা ডাকপীগনি। ৱাহৈ ৱাতা চিখবা, বনান লানবা কয়া য়াওখি। মসিদি ঐগী খ্বাইদগী অশোনবনি। লাইরিক অমা নম্বগীদমক ইশানা ইশাবু তেংবাংনবা হোৎনখিদবসিসু তম্বরকপগী খুদম অমনি। অদুবু বনানদা অচুম্বা খরা মথৈ য়াওরিবসিদি ঐগী মরূপ য়ুম্লেম্বম ইবোমচা অমসি থাংজম ইবোপিশককী মতেংদগীনি। মতম মাওনা প্রুফ লৌবিরিবা মরূপ অনীগী মফমদা লম্বন অমদি তোঙ্গবনি। শেলথুমগী ৱা খনবিদনা লাইরিক অসিবু নম্বীরিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী প্রোপাইটর শ্রীশাম্ভুরাইলাৎপম গোপাল শর্মাগী তৌবিমল খক কাউজরোই। অদুগা লোয়ননা প্রেসকী ইচিন ইনাও পুম্বশিংগী তেংবাংগীদমক থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিকসিদা য়াওরিবা 'পোলাং' হায়বা ৱারী-মচা অসি ঐগী মরূপ রনজিৎ ডক্লিয়ুনা ইবা কবিতা অমগী মমিংনি। ৱারী মচা অসিদা কবিতা অদুমকী মতেক অমা হাপ্পা, রনজিৎ হায়বা মিং অসিমকসু কেরেক্টর অমা ওইহনসিদা অমাবা পীরিবগী-দমক রনজিৎ ডক্লিয়ুদা তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি। ৱারীমচা অসিগী মাগী পুন্সিগা করিসু মরি লৈনদে হায়নসু শেংহোকচরি।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# অরোইবা মঙ

ৱাকচিংগী ঈংগ্রবা অহীং অত্থুদা কবোক্লেনা মমীৎ উইশিন্দুনা তুম্নবা কন্না লাক্লে। মপান্দা উম্না হৈথরি হায়বা মহাক থঙঙি। মচাশিং মগুশিং হুংঙাইনা তুম্লি। অত্থুবু মহাক্তি মীৎ কল্লা অমত্তগী উইশিনবা য়ারমদে। ঈংবগী নত্তে। ঙসিদি ৱাথল কয়া কন্না শম্নফম থঙদমা পঙখন্দা থনগ্রে। হৌগ্রবা পুন্সিগী থোদোক কয়াম্থু মমীত্তা হেক হেক উরকই। কাউথোক্ল্রবা কাউথোক্কে খল্ল্রবা কয়াম্থু। মপুরোইববুম্থু নীংশিংলকই। চহী কুনগী মমাঙদা লৈথিদ্রবা মপুরোইবা চাওভল। হৌজিক্তমক নাইতোম তাবগুম ইচিক চিকপগুম মপুক্লীংদা ফাওরকই। অত্থুদগী অমুক মমীত্তা উরকই—হুংশিরৈ, চাওবী, তোম্বীমচা। অত্থুদগী অমুকম্থু বস কন্দক্তরশিং। ভ্রাইভরশিং। মখোয়বু নীংশিংলকই।

'হন্নুবী', নঙবু খরা থুনা কাল্লকউনে। পোত্তু ঐখোয় থাঙ্গৎকেনে।'

'নপা য়ানিমচা, ঐবু হন্নুবীগা হায়নহে। ঐস্তু কাবা লাক্লরিদনা।' বসতা কানা কানা কবোক্লেন। থুন্মি।

'কয়াম লুমগ্রবনো? হন্নুবী নঙ নোংমা তিনসিনা নন্দুনা শিদৌরিবনি।' অমুকস্তু বস কন্দক্তরত্নুনা তিন অনীত্নু থাঙ্গৎ থাঙ্গৎনা নোক্নুনা হায়রকই।

'অমুকশু হন্নুবীগা হায়রিনে। নোংমৈ জগোই মকোক চিংদৌরিবা ঐবু।' বস মন্নুংদা অতাবা থূদিং মাগী মতৌত্নুদা নোকই।

'ওস্থোক্লস্ত্র লুমখবে, ঙাদি পুরক্তত্নুনা ঈশিংগা নূংত্নুমগা পুলাক্লম্লে।'

'উম, নখোয় নপুবোক্তু ভত্নুদা য়াওরিবনি।' কবোক্লে ইহা হাদনা থুম্লকই। অমুকস্থ ময়াম নোকই। বস কন্দক্তরশিং ড্রাইভবশিং অয়াম্বনা কবোক্লেবু খঙদবা য়াওদে। ফাগী জোগাই তৌনৈ। করিগুম্বদস্থ থীনা থীনা ঙাঙনৈ। অত্নুবু কনানস্থ শাউনদে। চহী কয়া থেংনরক্লবনি। মোইরাং ইম্ফালগী খোঙচৎসিদা। ললোনবী ম্নুপীশিংগী মন্নুংদা কবোক্লেনা অহল ইওই ওইরম্লগনি। চহী হুম্ফুগী মথকনি। অত্নুনা অয়াম্বনা মাবু ম্নুংশি। কনামনা হায় অহল অশুক ওইরসিবু করম্বা মচা মশুনা পৈশা তাল্লচো থাদোরক্লিবনো। ভশেংনমক নোংমুত্তা লেপ্পা লৈতে। অত্নুবু কবোক্লেদা অতম্লনা হংলবদি করিনোমদি শোয়দনা খুমলকনি।

'ম্নুংশিরৈ, নঙ্গীদি কয়াগী তিকলক্লে?' কবোক্লেনা ম্নাগী মমাঙদা ফমলিবা ম্নুপীত্নুদা হংলকই।

'তিকফমগা খঙদেদা ইনম্মা, পোরোম খরগা উকাবী ঙমুখরগা, পেঙবা মচা অমদি য়াওবরা লূপা চনী য়াম্নৈগী তিকল্লকই।'

'পোরোমত্নুবু পীকগ্রবত্নুদা লূপা কুস্থাগ্না হায়নে। তাঙথ্রে তাঙথ্রে, করম্নবু য়োল্লদোনো খঙদে।'

'খঙদে ইনম্মা, খ্বাইরম্বন্দনবু হেন্না হোঙজনদুনা মাঙবরা কৈনো।'

'নরাম্বক ইন্নায়বক্তা তারেদনা।' কবোক্লৈনা শোম্বাংননা শোনখি। অঙ্গনগী অমুক খঙহৌদনা হায়রকই—'হোয়দহে, অমুক মাঙবা অমুক তোংবা। কন্নি হায়গে ?'

'অদু তারে ইনম্মা।' মুংশিরৈম্বু শোম্বাংননা খুমলকই। কবোক্লৈনা হায়জল্লিবসু মচান্দতনি। হয়েংগী ললোল শেনদি শাগৎ-তবা য়াদবনি। উপাই অমা তৌদুনা তোংনবা য়োন্দবা য়াদবনি। মপুক্কুংদা হিসাব পাই। তিকলক্লিবা ঙাশিংদুগী দর অমা লেপ-থোক্লবা কন্না অঙ্ক খোংলকই।

'হন্নুবী ভারা লোইথোক্লসে।' কন্দক্কুরনি।

'ভারাবু মুত্তিগী লৌদুনতা লৈবিদুবু ঙসিদি তোক্লোদনা ?'

'ইবেম্মা, নযুনদা ফম লৈবো, কনানা ভাবা লৌরদগে ?'

'যুমদা ফম্মদি নপা কনানা থাকঅনি।'

'ঐখোয়সু ভারা লৌদ্রদি কদাইদগী গাড়ি চেন্নি।'

'শক্তাখি নঙগা ঙাঙনবা ঙম্বপোৎ নত্তে। নখোয়গী গাড়ি-সিদদি তোংলোই খনবনি। লাইবক্না তমদ্রবা।'

'ঐখোয়সু নঙতবু পুম্নাই খনবনি অদুদা লাইবক্না তন্মম্মবা।' অবায় অথুম্ম অদুদা অমুক অক্তাবমখৈ য়োকই। শেঙ্গাও লৌ-থোক্লুনা ভারা পী। কাকবাক্কুগী কা থোক্লোক্লগা কন্দক্কুরদা মতম অমা পীজে। মহাকম্বু তপ্রগা অমা ঙায়। ঙৈহাক লৈরগদি অমুক ড্রাইভরগা লাউনে। তুপ্পা য়োবগী। মতং মতং খামদুনা পী হ প্লগী। ইম্ফাল থুনা য়ৌনিংই নুমীৎ তাত্রিঙৈদা।

খু, ইরম্বরন্দ্র কৈশেলগী [illegible] পীনা [illegible] [illegible] ইঅরম্বহ ইত্তাক অাকশিন্নক্লে। কবোক্লৈ মযুমদা চৎজিবনা লোইবনি। অদুবু

আঙোইবা ৯৬/৩

পোরোম অনীদংগা ঙমু খরগা লেমহৌরিবা অহুদংদি য়োল্লিংলি মপুল্লীংদদি কয়াম থেঙপ্রবা খল্লকই। মগুশিংহু তুম্লগত্রা?

'ইমা, পোরোমসিবু কয়াগীনো?' কবোক্লেনা ইথং খংনা য়েংখৎলি। লৈগদবা মানবা মশা নানবা মুপা অমা লেপলম্মি।

'ইবুঙো, লৌরোবা। লুপা নীকুমঙা তৌরো।'

'তাঙখরেদা ইমা?'

'কদায়দগী তাঙগদগেনে। থেঙজিল্লক্লবসিদা যুম চৎনিংমল্লহুনা মহুত্তা থারবনি ইবুঙো, শিকি অমা হেক তোংপ্রবা করি লাইনো রাশরুসি।'

'ফরে ইমা, নীফু নীকুদা তৌরসি।'

'ইবুঙো, অহুদি ইপা ইপু নোরোক তাগে চিংদবনি।'

মুপাহু চৎখিদগী তৌরকই। নংহৌররোইদবগী মতাগুম কবোক্লেনা হায়রকই 'ফরে ফরে লৌরো ইবুঙো। সত্য, থেঙপ্রবসিদা মাঙলবসু মাঙনা য়োল্লবনি। ঙমু খরসিসু লৈপ্রোদনা ঐসু চৎলগে।'

'ঙমুদি লৈজরবোই।'

ঙমু খরহু যোনখিসিরা খল্লকই। অহুবু থংনবা মীৎকুপ্তা পোৎ লোইশিল্লি। মগুশিংগী পীজনবা পুরগে খল্লকই। খুৎলাংখাং কৌশিল্লি। শেঙ্গাওহু মখ্বাংদা কম্না কিশিল্লি। তিন অনীহু লোংখৎনরগা মকোক্তা থাংগৎলহুনা থোরক্লে। তুম্বক তুম্বক ইতাক তারুা কম্মীররীবশিংদা চৎলগে তাকলম্মি। অহুদগী মৈ লাক্তবগী, অহুগী মথক্তা থাশিরমদাই ওইবগী ইমম মম্নবা উরিপোক মায়কৈরোমদা হাইথরকই। সডক্তা মী ইচং চৎতবহু উরগা খল্লকই—পুং অসিবু কয়াম থেঙপ্রবা?

'নহান্দো ঐগ্যা মনিনা বৃন্দাবন্দ চৎপগী থাকম হৌদোরকই। মী অনী অহুমদংগা লৈরদি যাত্রা তৌবা মারে হায়। ঐবু য়াম

য়াওহন্নিংবগী মওং তৌরকই। হাকুমস্থু য়াওদে হা অছু অদা হায়ছুনা।' কবোক্লেনা চাক চাম্মিন্নরিবা মচানুপা অনীছুদা হৌদোরকই। তোমচৌগা মহেন্দ্রগছু তুমিন্না তায়। চখোম অমা অনী ছৎলগা মহেন্দ্রনা হায়রকই—

'ইমাবু চৎকদৌরিব্রো ?'

রাহং অছুদা কবোক্লে লকক তৌই। করি খুমগদগে ওহ্‌ক ভাব তাদে।

'চৎপা চত্তবগী রা নত্তেদা। ঐগা মনিনা হায়রকই হায়বগী রাতনি।'

'বসতা চৎপদো য়াম রানিদা। নোংমৈ ওইনা তাচৌগরা ঐগরা লম কোয়বা ওইনা চৎপনা ফনিদা।'

'তৌববুদি ময়াম যা য়া চৎপদো রাদে হায়দা অছুগা ঐগ্যা মনিছু তীর্থ মফম য়াম খওমাল্লে। চৎমীন্নবা য়াম নুঙাই হায়।' অমুকশু কবোক্লেনা হাযবকই।

'লুপাবু কয়াম কয়াম খায়নৈ হায়গে ?' মচানুপা অহল তোমচৌনা ইতপ তপ্পা হংলকই।'

'লীশিং অমা চাম্মঙা ওইরমাল্লে। লীশিং অনীগুম্বা পায়রদি য়াদৌমাল্লি।'

অমুক তুমিন্না ওহাক লৈনৈ।

'ইমানা চৎকে হায়রদি ঐস্থু হৌজিক হৌজিক খূত্তা শেল অমত্তা পায়দে অছুবু পুবা লওবা তৌরগা তাচৌনা থরা অমা থিরগা চৎপ'দি য়াবনি।'

'লুপা লীশিং অনী হায়বসি কনাগুম্বা অমদদি কৈগু লৈতবা শেনফম্নি। অছুবু তলব মচা চাবা ওবা ঐখোয়দদি হেক মরাই। অছুগীস্থু মথক্তা অঙাং মঙাসিগী নিংথমথা চঙ্লকপগী মফি মরোল পরিক্কাগী ফী ময়াম অমগা। হৃদকী থা অসিনা অমুক্তা হেন্না

ৱাগদৌরিবনি। মসি ফাওবা নওনা ইতেং পাংলিবনি। অদুবু ঈমানা চৎতবা য়াদে হায়রদি ঐস্মু কনাদগীনো থিবা তারেদনা।'

'হুম ঐ চৎকে হায়দেদা। অদুক ঐগ্যা মনিনা হায় হায়বগী ৱানি।'

অসি হায়রগা চথোম অনী অহুম হুকলগা হৌগৎখয়ে। মফি শেৎচিল্লি। তিন অনীদু মকোক্তা থোংগৎলগা ইমুংদগী থোরকই। চাকথুমদা লৈরিবা মমৌ অহলদা পুখ্রিদা সড়ক্তা অঙাংশিং থোক-হন্দনবা লাউরম্মি। কোম্থোংদা লৈরিবা মপুরোইবগী ফুরাদা খুবম্লম্মি। অদুদগী সড়কলোমদা থোকখি।

হাকুম মপুরোইবগী লৈখিদবা নুমিৎ ৱাকচিংগী তরেৎনি পানবদা উৎসব মচা অমত্তং কচ্ছখি। ফুবা মচা অমসু তেক্লি তেক্লি চহী অমরোম চঙনা শাজবগা নুমিত্তুদা হোঙজখি। কবোক্লৈনা খঙখি মপুন্সিদা মপুবোইবগী লমন মচা অমত্তংদি শিংজয়ে। মহাক্কী লেম্বহৌবা পুন্সিগী শিন্থাশিংগী মনুংদা পিক্লবা শিন্থা অমত্তং-দি পাঙথোকচবে। অদুবু পুক্নুংদদি অরোইবা ওইনা তীর্থদা অমুক্তং চৎতুনা তর্পন মচা অমত্তং কংচবা অদুগা গঙ্গাদা মপুরোইবগী উং অদুতং থাদবা অদু ওইরবদি কবোক্লৈনা মপুবোইবগী লমন অমুক হন্না তোল্লরোই খঙরম্মি। অদুবু ৱাক্মসি অমুক হন্না মচা-শিংদা হৌদোকপগী ৱাকমদি মঙোন্দা অমুক লৈখিদবগুম তৌখয়ে।

রিকসো অদুনা বস পার্কিং য়োৱকপদা মহাক মীৎকপ থোয়রক-পগুম তৌরম্মি। জ্ঞান তাররই। বস পার্কিং ইরাঙ লাক্লম্মি নহানমথৈগুম্না। ইম্ফালদা কারকপা, কুমগদবা মীয়াম। ইম্ফাল সহর ইচিক-চিল্লি।

'মোইরাংগী গাড়ি চৎথ্রবরা?' বস নাকন্দা লেপলম্বী নুপী অমদা হংই। মহু তারদুনা কন্ডক্তর নুপামচা অমনা হায়রকই—

ঙাওথোয় য়ুম্লেম্বিবা

'মোইরাংগী চৎখবে। ঐখোযগী গাড়িসিদদি তোংবা যাদজাৎনিনে ?'

'নখোয রাঙ্গুগী গাডিদি ভারা শোৎকে য়াদেনে।' নোক্তুনা কবোক্লৈনা খুম্মি।

ভাবাগা অমত্তা লৌবোই, হমুবী নঙতা পুবগা লোইরে ঙসিদি।'

'নপা যানিমচা, হনুবীগা হায়নহে।' অমুকশু নোক্তুনা হায়। বসতা কাখৎখি।

*

হুংচিত্তি য়াকচিংগী ত্তবেংনি পানবনি। কবোক্লৈনা চহী খুদিংগী উৎসব মচা অমত্তং কৎচগে থঞ্জবহুস্থ মচীন্দা অমুক হন্না কাঙথোক্তুরে। অদুবু বামোনগীদা সিন্ধা অমত্তং অহল অনী অহুমদং খুনবা যানবা থিল্লুগে থল্লকই। ঐগ্যা মনি লৈববদি তান্নবা যাবনি অদুবু মহাকস্থ তীর্থদা চৎখরে। মখোয লৈকাইগী মাগী আ মখা ওইবা চাওবীহে ইস্থ চৎখি। মচানুপা ইঙ্গিন্যাবত্বনা শেল য়াম পীখি হায। মপুন্নীংদা কবোক্লৈনা চাওবীবু নহানমুক্কী মপোক্তা পাপ চেল্লক্তবীনি খল্লি।

চাক চাবা তোকপগা যমুংদা হিপথবদা মঙাইরি। তোমচৌনা তপ্পা কৌবকই— 'ইমা, তুমলবরা ?'

'তুমদ্রি, কবি হাযগে ?'

তোমচৌনা পাক হেক হায়বা ঙমদ্রে। ঙহাক লকক ত্তৌই।

'মতেন্দ্রগা ইবানি তোঙান চাবা লৈপ্পবে।'

কবোক্লৈ তুম্মিন্না লৈ। মঙশুন্না ত্তৌই। তোমচৌনা মখা তাঁয়কই।

'মসি গ্রনা মঙোন্দা হৌদোকপনি। হৌজিক্তি অঙাংহুবীশিং চাত্তিনরে। মাগী মাগী ইমুং মচুং অমমম হায়বত্থ লৈনর্ব্বনি।

অপোইবা মঙ/৭

ইবানি স্থম ওংশিন্নবসিনা মান্না মানা তৌনিংবা অমম্তা তৌনবা ঙমদরে।'

কবোক্লে তাখিবন্না তাদবন্না ভাব ত্তাদে। অহুম্মক তুমিন্না লৈ। তোমচৌনা অমুকস্থ মথা তারকই— 'তোঙান চাবসিদা ঐনি য়াম্না রাগদৌরিবদি। ত্তলব থরসিগা অঙাং ময়াম্নসিগা। ঐগী য়েংহুনা মহেন্দ্রবু স্থম ফাজিন্দুনা থম্বা ঐহাক পামদে। মাগীস্থ মচাশিং হৌরক্লি। মখোয়গী খন্দবা য়াদবনি। মহাক্লা ঐগী অমদি ইচা-শিংগী মত্তেং য়াম পাংই। ইনাওগী লমন্দি ময়াম্বনা তোল্লবনি।'

হন্দক্তি কবোক্লে অহু করিনোমা হায়গে তৌরকই। অহুবু অমুক তুমিন লৈখরে। নীংশিংলকই রা অমথক। মহেন্দ্রনা লুহোংবা মুমিত্তা ময়:মনা হায়খিবদো। ময়ূম পান্নরবনিনা তোঙান তোঙান পীজথোক্লগা মহাক্লা রাই শংনা লৈনবা। মহাক্লা থঞ্জ-খিবদি শিত্রিফাওবা চাকথুম অমত্তদা মচা মশু ময়ামগা পূন্না নোক্নুনা চামীন থকমীন্নবনি। মতুগী মরক্তা মপুরোইবহুদংগা য়াওজরবদি হায়না থঞ্জবনি। চুম্মি, মচাশিংস্থ ইমুং মন্নুং অমা হায়বহু লৈনরবনি। মাগী পুন্সিনা অতোপ্পা পুন্সি অমা হায়বহু ওইরবনি। হৌজিক্তি মহৌশাগী থৃৎশেম, চৎনরিবা নিতি নিয়ম পূম্বা নৌহৌনা থল্লকপগুম তৌরকই। মহেন্দ্রবু কৌশিল্লগা কবোক্লেনা হায়রকই—

'ঐনা হিংলিঙেদা নখোয়না তোঙান চানবা হায়বহু য়াম করে। থৎন চৈনবা য়াওদনা। ঐনা শিগ্রগা তোঙান চানবা হায়বহু মীগী মমাঙদা ফজদে।'

অহুদগী ঙৈহাক তুমিন লৈরুরগা মথা তারকই—

'নখোয়দি থঙলমদবা য়াই লপাগী চহীগী দিন হংচিং ঙাই। হংচিং অসিফাওবদংদি ঙাইয়ু। অহুগা ঐনা হায়গদবদি তোঙান চানরবহু নচিন ননাও মুংশিনৌ। অমগা অমগা নত্তেং পাংনৌ।

ঐনা শিত্রিথৈদা নখোয়না মুংঙাইনা হিংবা মসিতনি ঐনা উজবা পাম্বা। ঐগীদি নোংমা শিগ্রগা লোইরে। কয়িস্থ খল্লুগন্থু।'

মখোল অত্থু নীক্লকই। মমায় অত্থু কৈজ্জুপ খুমজিল্লগা তুমিন্না লৈখয়ে। বা ঙাঙলকখিদরে।

*

ৱাকচিংগী ঈংগ্রবা অহীং অসিদা কবোক্লে মীং কক্লা অমত্তম্থ উইশিনবা য়াদ্রে। অমুকস্থ মপুরোইববু নীংশিংলকই। ঙসাই লাইরক অহুম মরিদং কৎচখিবত্থস্থ নীংশিংলকই। কদায়দগীনো খঙহৌদনা পি মরীক অমা অনীস্থ তারকই। য়াম্না নাইতোম তাবগী মতৌ অমা ফাওরকপগুম তৌরকই। অত্থগা লোয়নননা মপাঙ্গল ময়েং খংতা তাবগুম খল্লকই। তৌগে খঙ্গবা থবক কয়ামা তৌবা ঙমলয়রোই হায়নস্থ খল্লকই। অত্থগা নীংশিংলকই—হয়েংদগী তোঙান চানরগদবা মচাশিংদা ঙসাই হায়খিবত্থ—

'ঐনা শিগ্রগা নখোয় ৱাহৌগনি। অত্থনা ঐনা শিরগা ঐগীদমক করিমত্তা তৌরক্কন্থ। শোবাত চাউনা শোনগন্থু। চিড়া উংসব মচা অমত্তং শ্রীমদ্ভাগবত গীতা পাঠ তৌত্থনা শ্রীহরিদা কৎলু। সংকীর্ত্তন তৌগন্থকো। মত্থদা চঙ্গদবা শেল অপুম্বা ঐনা থমলম্নবনি। মসিগীদমক্তনি ঐনা নহানমথৈ তাঙ্গরক্লিবা। ঐগী মোংকমদা ফুরা শাবিগন্থু। মত্থগী মহুত্তা লেমহৌবা শেল খরত্থগা লোয়নননা নখোয়না ঙম্বা মতমদা নঙগী বাবাগা ঐগগী মিং থাবা শরিক অমত্তং কৎপিয়ু……।'

অমুকস্থ কবোক্লে কৈজ্জুপ মমুংদা হিক হিক কপলকই। কবিগীনো খঙজদবা ৱাখল অমনা চহী কয়াসে ঙসি হায়বা মুমিং অসিগীদমক হিংলকপগুম উরকই। মপুরোইবগী শিরমদাইগী শকক্কম অত্থ মমীত্তা উরকই পাপ চেনবা মাস্রবা মাইথোং অত্থ।

শিরমদাইদা জ্ঞান তানা শিন্নরমই মচাশিংগা মুঙাইনা লৈহৌনবা। অরোইবা ওইনা মথুং অতু কন্না পায়শিল্লহুনা। অসিগুম্বা পুংফমদনি মপুরোইবনা লৈখিদবহু।

নোংঙাল্লমদাইগী শরিক মখোল তারকই। মথম্মোইদা হরিনাম শোল্লকই। গোবিন্দগী শবিক মখোলহুদা অমুক্তা হেন্না হিক হিক কপলকই। ○

## ইঞ্জিন্যারিং ডায়রী

লমাংদোংগী বসনা কম্না চেল্লম্মি। ইবেম্মালগা ঐহাক নকশিন্নররোই। ইচাহুস্তু কম্না নাহৌই। ঙরাং অহীং চুপ্পদি জ্বার শান্নরুই। তুমদবনা ইচোক চোকথৈ। শেলস্তু পং তৎলকই।

'তামো, ভান্না অমুক্তা।' কন্দক্করনি। তুম্ন্রমাল্লে ঐহাক। ভান্না পী। চুরুপ মচৈ অমা থকই। মৈখু শাংনা শাংনা চিংই।

'মশক কজবী লৈশাবী য়াম্না থবক তৌবদি ইঞ্জিন্যার ওফিসনা ইহেল হেল্লি।' মুপা অমনা থংনবা অহুদা হায়রকই।

'খঙদে, কেজুয়েল ক্লার্কসি পঙলৌদা লৌখ্রে। লৈশাবীনিন্নু হায়রদি।' অমহুনা খুম্নকই।

'ঐখোয়গা যুম্নোম্নবা মেমচৌবীস্তু ক্লার্ক ওইরেদনা। ইলেক্তেন

ক্লাসতা কুইনা ফেল ওইরগা। ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা থবক ফংদ্রি।'

'মাদি কমদোননো?'

'ভাব তাহৌদে, ভাই। ইন্টরভিয়্যু লোইগ্র মতুংদা নোংমা নীনীহু মুমিদাং থেঙনা থেঙনা হল্লকই। নোংমস্থু মুমিদাংগী পুং মাপল্লোম তাবদা জিপতা থিল্লকই। জিপতু পি, ডব্লিয়ু থাই। সড়কী মৈঙালদা উবদা মখোঙগহু কাবল চল্লগা চঙখি। নোং ঙাল্লগদি ওফিস কাথরে।

'মুপী ওইহৌদবা ঐখোয়সে তোল্লবনি।'

ঐগী মুপীহু য়াম কপহৌই। মুমিৎ থরনিসি ময়াঙস্থু কংথৈ। ঐগা বা-লাংস্থু ইঙাঙ ঙাঙনদে। লেপ্পফাও ঙমদ্রিবা অংাংহু হেক কপ্পগা পংফুদা ফুজিল্লি। য়াম্না ঈংলম্বী মহাক ইশৌ কনবী হায়বহু ওইগ্রে।

'নম্বোল কুমগদবা কুমথবীবো লমাংদোং লমাংদোং।' ইহে নম্বোল য়ৌরবোইবে। বস অমুক থারকই। উরকই মমাঙগী সিটতা ফল্লিবী কৈন্যাতোম্বী। ইচে কৈন্যাতোম্বী। মহাকস্থু ইচোক চোকথনা উই। ঙরাংস্থু লাকলম্বনি ঐখোয়গী ওফিসতা। মহাকস্থু ঠিকাদারনি। মহাক্কী মরমদা অকুপ্পা ঐহাক থঙদে। হান্নগী মুপাহু থাইনরগা পি, ডব্লিয়ু, ডিগী কেরানি অমনা লৌগুম লৌদগুম তৌরি হায়। মশক্তি লম ঙাল্লি। লাইরিক হৈবি মাল্লি। লাইরিক হৈত্রবস্থু।

'ইবুংঙো লেঙলক্নে।' হংগৎনা য়েংথৎলুই। খুরা চাওতোল্লি। নম্বোলদগী ঐগীদা থবক তৌবা ঠিকাদার। ঐখোয় বাজিগী চহী লেংগা ওইরমগনি। অহল ওইরে। পৈশা পঙপায় পায়বা মীতা মান্দে।

'খুয়াগীদো যুমদা 'অঙাংমুবী খরা নাবলগী পায়জবা ঙমদ্রে। হংচিং মশেমগুম্বা ওইনা তৌরগিনে।'

'অঙাংশিংগী অচিনবা খরা নৈ তৌমি হায়জখিবত্নি ইবুঙো। নবাওম্বুপা য়াইমত্মু কয়া শারিবনি। খুদোং অমা চাদত্না তৌজবনি। য়ারবদি ইবুঙো·· ··'

'ঐম্ব খুদোং অমা চাদত্না তৌজবনি, ঝারোবিম্ব।'

'থবক হায়রে কুইরে লোইজবা। ইবুঙোহোইগী পীকম থোকপা অত্মু পীজবে। বিল মচাত্মা লোইবদা নোংমগী থবক নত্তে। ফন্দসি নংহৌদবা তারমাগ্নে ' শোম্থাংননা ঝারোনা শোনখি। মথা তারকই—'কমদৌনি ইবঙোহোইনা তৌবিদ্রবদবু করিদি উপায় ৈল। অত্নুদি হাইথববু কায়দ্রেনে?'

'হোয হংচিং ওইনা লেঙলক্লো।'

'ইবঙোগী হংচিং হায়বসিদি কুইবক্লেদা।' ঐহাক তাশিন্নরুদ্রে। মসি অনৌবা নত্তে।

থোঙনাওবামদা যেংই। লৌবুক ঙাক্পা। চীং ঙাক্তা। অথাপ্পদা খুঙ্গং। যেংবদা তল্লি। হুমিং খুদিংগী উরবনি। ইশ, নুঙাইবনিদা মেরিন ড্রাইভ হাযবত্থ বোম্বেগী। হুমিদাংবাইরমদা মশক ফজববা কোল গার্লসশিংহু সমুদ্র থোঙবান্দা।

ইচে কৈন্যাতোম্বীদা যেংলুই। হৌজিক্তা ইনথংলক্লিবীগুম্মী। মাম্ব ঐবু উমকই। নোক্লকই। আঃ কয়াদা নীংথিবা মীনে কনো? মমীংম্ব নোকই। মীংকুপ থরক্তমক। মীংকুপ থরম্বুদা যুগ কয়াগী য়ারীনা থনবগুম্মী।

'ইবুঙো, ঐ সিদা কুমজহৌরগে? ওফিসতা চংপগী কায়দ্রে হায়ববনিনা—।' লৈম্রাম লমথাযদা কুমহোই। ইগুক গুকথনা থুয়া চাওতোন।

'নহাক্দি লমাংদোং কৈরেলাদা মহারোল থরনা ইঞ্জিন্যার অমা মুখরে হায় ।' অমুক ঐগী মাঙদা ফম্বা মুপোহনা থংনবতুদা হায়ে।

'নোংমাইজিং মুমিতা ? কনিগী ?'

'ইঞ্জিন্যার অতুনা থবক পীনি হায়রুনা শেল লৌথ্রপা থবক্তা অতোপ্পা অমদা পীখিবগী র্যা ওইরমাল্লে ।'

'ফুগদবনি অতুম তৌবা জাৎতুদি ।'

'নহাক্দি থাঙ্গালদগী জিপ্তা লাকমাল্লে । হিদাকনু ঙাওই হায় । ওফিসকী জিপতুদা লৈশাবী অনীমসু য়াওরকমাল্লে । অনীতুসু ওফিসকী থবক তৌবীনি ।'

'নোংমাইজিং মুমিতুদি ওফিসকী জিপ্তা মখোয়দি থাঙ্গালদা কৈদৌবা চৎলুরিবনেগে ?'

'কনানা খঙনি ? অতুবু মখোয়নদি থবক য়েংবা চৎলুবনি হায় । কৈদি ফনা ফজনা চাথরে ।'

'লৈশাবীগা চীংদা থবক য়েংবা ?' নোকমিল্লখি ।

······চুম্মি, ইবেম্মালসু মশক ফজে । কুচু মুনং তৌরদনা । মতম পুম্বদা ইরাঙতা লাঙজে । মতুনসু হেন্না ফজহল্লি । নোংমদি ঐঙোন্দা থরাই শোক্লা রারী তৌই । য়াম্না নংবগী বারী । অঙাং ওইরিঙৈদা মপা লৈখিদে । মানা অহলনি । থংনবতুসু মুপীনি । ইতোন তোনবা মৌপ্নাতু চহী তরাহুমদোইদমক মঙাইরি । মমা লুথ্রাবীনা রানা য়োক্লকই । হৌজিকসু মাগী কেরানিগী তলবসিনা কোম্নদে । মতুসু বার্ক চার্জনি । অতুবু নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি— 'ওফিসসিদা থবক তৌরিবমখৈদি নোংমা অতোনবী ওইবা শোইদে ।' অতুদগী থরাই তানা নোকখি । করম্বা অর্থনো খঙদে । অসুম্না মচেৎ মচেৎ শাগৎখি । ঐহাক অমদি ইবেম্মাল ।

......মুংশিরৈগী তুকানস্থ ওফিসকী খোঙাঙদা হাংলে। চা অমদি পান তুকান ওইন্না। কুচুদি ওথাক কজন্না মুই। কদাইদনো রাশি অমদি য়াওই। থঙদে। য়েংবদা অতুম মুঙাই। মুশী হায়বসিমক্তু কদাইদনোমদি হেক্তা য়েংনিংই।

'কৈনৌ, কৈনৌ কুমলো—' বস কল্লকুরন লাউরকই। জ্ঞান ভারকই। ঐগী মাঙদা ফম্লম্বা মুপা অনীদো কুমথখি। ইক্সিক্যুটিব ইঞ্জিন্যারগী জিপ ড্রাইভরতু ঐগী ইনাক্তা ফম্মকই—

'এ, এসো সাহেবস্থ য়াওরক্লি।'

ঐস্থ খুম্বগী মহুক্তা নোকতমক নোকই। মচীন য়াংথ্রবা মীনি। মথল কয়াগী ইঞ্জিন্যার, ঠিকাদার লোয়নরকপগী হৌনশা। মথা ভারকই—

'ওরাংদি যুম য়ৌরকপদা নোংঙনদৌরে।'

'কদায় চৎলুরিবা?'

'কদায়দা ওইনি কাটবদা সাহেবকনিদনা। সাহেবনা তচেপ্পী লিক্লি অমা থাজিল্লকপদগী মাঙ্গোন্দা অতুম লেকথরে। রাসলীলাগা অমক্তা উহৌদরে।'

ঐহাক নোক্তমক নোকই। ভনৌবা রারী নত্তে। কৈন্যা-তোম্বীনা মঙোন্দা নোকখি। থাপ্পা কৌনৈ। য়াম্না চান্নবগুম। মীনোকশিংতু মরৌ লৈনৈ।

'ইচে কৈন্যাতোম্বী অসি ঙসিদি য়াম্না নৌথোক্লা উরেদা।' ড্রাইভরনা নোক্তুনা ঐঙোন্দা হায়রকই। -অর্থ লৈনা।

'ওরাংদি সাহেবকী কাদা গু-শা তৌনহুনা মাগী কাদা নোক-মিন্নখিদা— মুমিদাংগী রাসলীলাতুবু কনানা জগোই মকোক চিংখিবগে?'

'কনা ওইনি—ৰিল লৌবা নাকপা, চ্যোক মনা শেংখিৰী হুঁচে কৈন্যাতোক্নীনিদনা। ইঞ্জিন্যার ওইবশিংসি মরাইবক্তি কৈদ্রে। অতুবু এসো, নাকন অময়োমদা মহোরসি মবুক্তি ফত্তেহে। ঐখোয়দা মচুম অমফাও থাইদে।' অমুক চ্ছাইভরহুনা ফাক ফাক নোকখি। ঐহু নোকই। মপুদা মনাইমা ৰারোজবহুদা।

ইবেঙ্কলনা মুংশিরৈবু তাখি। ঐঙোন্দা কমপ্লেন্ট তৌই। ঐনা কা চাবা চঙবদা শাউই। মানা হায়—'মুপা অমতা চঙলকপা য়াদে। মমীৎ-ও মনা-ও। মখোলগা শিথশিন্নথ্রিবা। ফি শেত্তবগী ৰাঙাংশিংহুদা মানা তাবগা শারিয়ে। পোৎ খয়া শিংনবা হায় হুনা। ইকপু ইকাইদমাল্লে।'

'মহুদা নঙনা নথ্বাই শোক্না শাক্তক'রিবহুবু করিগীনে? মানা ঙাংঙবদি ওইরম্মোইদনা। মাগীদি পোৎ শিংহৌরগা লোইরে।'

'এঃ মীচং ওইরে। মানা য়া ভোহুনা ঙাঙলিবনি। মরমচৎসু ফজরম্মোই শক্তাথীসে।'

মখা তাদরে। খঙদে। করম্বা লমচৎনো মানা হায়রিসিবু। খুম্‌দরে ঐহাক। য়াফমহু শাংদোকনীংদ্রহুনা।

বসতুনা ওফিসকী থোঙ্গালদা খায়কই। কুমথৈ। তশেংনা য়ৌখিবা খঙহৌদ্রবনি। উরকই—নুংশিরৈনা মাগী নুপাহুগা কেনা চৎমিন্নরম্বহু। অঙাং অনী নাকন নাকন্দা শম্নহুনা।

'কদোমদনো, ঙসিদি য়াম্না কেনা?'

'তাদা, ঙসিদি ইম্ফালদা সিনেমা য়েংলুসি হৌনরবা।' মতৈ-মনাও নোকমীমখি। মখা তারম্মি— 'ঐখোয়সু নোংমা ফাদোকসু য়াইদনা।'

অমুকস্তু য়েংমিন্নরগা নোকমিন্নখি। হুংশিনা। লমাংদোং কৈথেল্লোমদা চংখি। বস তোংবা। ঐস্তু ভাব তাদনা মীৎকুপ থম্নদং মখোয়না চংখিবত্থদা য়েংলুব্রি। হাইফেং লেপ্তু্না। য়ুমদা কপহৌবা ঐগী মুপী হাইফেং নীংশিংলকই। ইতন তঙ্গে। ঐনা হুম' য়েংথোরকপদা ওফিসকী কা মন্নুংগী থোঙনাওদা ইবেম্মালনা নোকফেং তৌনা য়েংলম্মি ঐঙোন্দা। ঐস্তু নোকখি। ঙসাইদা খল্লকখিবনি। মাগা নকশিন্নররোই। হক্চাংসে ইতন তম্মখি।

## ভকথায়বা

অযুক চাকচামাঙদা তোমালনা লৌ শঙ্গমথুম্ব খোইদোকপা লোইনবা কন্না হোৎনরিঙৈদা খুলগী উফুল থাংলবা লম্বীথুদা অঙৌবা কার অমা থৌভিল্লকপথু উরকই। লম্বীথুদগী য়োৎলী মখোঙ মরি মঙা লাম্প্রমবস্থু তোমালনা কারথুবু মশক খঙই। শমপোৎ খোইবা লেপই। লাঙ্গোল লৌখোকই। মমায়দগী হুনাং ফাওবা তৈথোক্ত-বখৈ লম্বী তন্না চেনবোই চৎপোষ্ট তৌরকই। কারথুদা তোং-লিবশিং অথুস্থু তোমালনা লৌবুক্তুদা কন্না লংকপথু উরবগুম গাড়ি অথু খামলকই। য়ৌগদবা য়োৎলী অমরোমগী লম বাৎলিঙৈদা কারদগী মখোয় মরি কুমথরকই। খুলগী অঙাং ময়াম গাড়িথুদা য়োমশিল্লকপথু ড্রাইভরনা লাউ খোংথুনা তান্থোক্লি। মখোয় মরিহস্থু তোমালনা লাক্লিবা লৌবুকলোমদা মখোঙ থাংলকই। মাঙ

থারিবা মীয়ায় হেল্লবা ফৈজোম নাম্না শেৎপা অইল অহু ৱিরহরিনি হায়বা তোমালনা মুম্না থঙই।

তোমালনা ৱিরহরিগী মনাক য়ৌরকপদদি মমায়হু মরেংজুমদা য়াল্লিবা খূদৈ অহুনা হাইফেৎ তৈথোকই। চাউরবা কৈ অমগী মমাঙদা লেপচবা অহু মঙাই। অমুক কুইবসি ৱিরহরি কৈদৌহুংদা অমুম্না লৌবুক্তা খক লাকখিদ্রি। মপুক্লীংদা মুৎশা থীবা পোল্লকই। য়েংবদা মশা নানবা, অচৌ-অশাং মানবা লাকখিন্নরিবশিং অহুদমু মুম্না য়েংই। য়াম্না হংগোইনা।

'যুমদা লেঙশিন্দ্রহুনা তাইবুঙোনা ৱানা। তোমাল মখা ফাওবা ময়েক শেংনা তাবা ঙমজদে। চৎনা চৎনা ৱিরহবিনা মরক থৎলকই—

'নঙ লৈরম্বা যবে। লমখৈগী অৱাবা লৈররোই।'

'য়াম মুঙাইজরে। সোমনা তাইবুঙোগী লৌ উবিবরা?'

অতোপ্পা চে-চাং কোনবা ওফিসার মানবহুনা তোমালদা হংলকই।

'হোই, কুইরবনি ইপা ইপু হাক্তুগী উজরকপনি।' খোঙ-থাঙহু তপ্পপ ৱিরহরিদগী হস্থরগা তুমিন্না অমুক মখা তারকই—

'করি কমদৌবগীনো মসিবু?'

'ঐখোয়দি লম ওস্থোকপা লাকচবনি। থোইদোকপা খঙজদে।'

তোমাল মখা তাদ্রে। মপুক্লীংদা মঙল মঙল খল্লি। লম হেঞ্জিল্লি হায়হুনা থংনবা লৌপুগা মকদ্দমা তৌনবরা? লমগী খৎন-চৈনবা ওইরবদি মহাকসু তাফম থোকই। নত্রগনা লৌ অসি অতোপ্পা অমদা য়োনগদৌরিবরা? য়োনবা তারবদি কনাদা? লৌফম অসি মঙোন্দগী শৎখিগদ্রা? শৎগ্রবদি? মসিদং খল্লুবদা

খাই লাউই। মানা উজরিবসি লৌ পরি অনীসিতনি। লৌফম অসিনা মাগী পুন্সি অমত্তুং থবাইনি। অদুবু বিরহরিদা বাহং অমত্তসু মানা হুংজবা ঙমজদে। ঙসি ফাওবদা বাহৈ অমত্তসু মাগী মথক্তা হুংগৎনা ঙাওথিদ্রি। বাহৈ খোনফম অমত্তং কায়-খিগদ্রা হায়না মতম চুপ্পদা থল্লি। কেশরি মচুগী চন্দন পাক্লা লাইবক্তা থিনবা, তরু তনাল্লবা অমদি চীংলেম্লবা মুপা অসিবু ঈশ্বর-মক্কি শায়োল্লি খঞ্জহনা তুমিন্না মতুং ইন্নহনা চৎপা নত্তনা তোমালগী করিসু উপাই লৈজদে।

লৌফম হেক য়োবগা তোমালহ মরম ইখঙ হেক খঙদনা সিমনাশিং তাকই। চে-চাং কোনবহ আমিন্নি হায়বা হৌজিক্তমক তোমাল ভাব তারকই। আমিন বাবুহনা চৈ য়ুংউ হায়বা মফম-শিংদা চৈ য়ুংশিল্লি। ঙসাই অযুক্তগী লাঙ্গোল খোইবদগী মশাহ ইচোক চোকথরবনি। অদুবু ঙহাক্তং ফাওবা পোত্থদে।

আমিন বাবুনা মেপ অমদা থূংলাই অমনা ওস্থোক্লগা অমুক খুলগী লৌবুক তন্না মীগী লৌবুক্তা নাকন নাকন চৈ পরেং অনী য়ুংহল্লি। চৈ পরেং অনীহগী অরাওবহ খুহুপ তরারোমনি। শরেং মতুপ শাবা ইম্ফালদগী নাওরেমগী লৌফমহদা চৈ য়ুংলরবহুদি খুলগী মী অরাম্বা ইঙক ঙক্লা য়েংনবা থোরক্লে। মখোয়হগী মনুংদা লৌফমহ উবা অমুসু য়াওরি।

অমু বিরহরিদা য়াম্না হুংগোইনা হংজৈ—'তাইবুঙো মসি ঐনা উজবনি। করম তৌবজাৎনো মসিবো।'

'ও! মহেন্দ্রগী লৌফমসি নঙনা উবরা? নঙনা লাঙ্গোল খোইগে হায়রবসু খুলগী লম্বু' ফাওবা চৈ য়ুংলিবসিনি হায়বদি পরেংসিগী কারক অসে থাদোকপা তাবা।'

'তাইবুঙোনা লৈবিরব্রা?'

'হোয়, লৈবা হায়বা তারে। লম্বী অমা শেমগে ঐগী লৌক্ম অসি য়োনবা। য়াম ক্বা ইনাওনি মহেন্দ্রহ্ন। ক্জ ফজনা লোয়নৌ।'

অমুবহু অমুক মখা তাখিদরে। ওহাক লৈরগা আমিনহ্নদা বিরহরিনা হায়রকই—

'অসোম তুরেল্লোম থংবা অকুৎপা লৌক্ম অসিগীদি অমুক ওঙ্গবস্থ য়ারক্রা?'

'তাইবুঙোনা ওস্থোকসি হায়রবস্থ কায়দে।'

'তোমাল, রারস্থ রানা অসিমত্তংগা ওস্থোকসি। ইহে, নঙোন্দা হায়বা কাউরুরে। লৌক্মসিস্থ ঐনা লৌরবনি।'

'মসিদি তাউথবি খরা থাবা নত্তনা থোইনবু কারদেদা। হৌজিকস্থ ষনপোৎ কুম্বা ফাওবা য়াদ্রিবা মফমনি।'

তোমালনা লৌক্ম অত্তবু লৌহল্লিংদবগী মওং উৎলি। তৌবক্সি কালেন ওইশিল্লরুফাওবদা লৈবাকশিং অহু ইচোৎ চোৎলি। কৌনা, কৌখানচিংবগী মনানা শারবা মুংশাশিদা ইশং শংলি। নোংজু-থাদদি পাৎকা চপ মান্নে। তোমালনা লৌক্ম অসিমদি ইকল কল্লক্তে। মানা মসিগস্থ উবা তারবদি রাগদবা অহু মমীত্তা শংশং উরকই।

'লম হায়বসিদি মাঙবা লৈত্তবনিনে, তোমাল।' নোঙ্কুনা বিরহরিনা হায়রকই।

'অহুবুদি চুম্মি, তাইবুঙো।'

'অহুনিদনা।' অমুক নোকই। তোমালস্থ ভাব ইত্তা তাদনা বোকই।

লম ওস্থোক ওনশিনগী থবক অহু লোইরবগী তুংদা থুলগী লম্বী-রোমদা লাকই। অঙাংশিংহুনা কারহুদা ওমশিলস্বহু তোমালনা অমুক লাউ থোংহ্ননা তাস্থোকই। মতুং খঙ্কিক খঙ্কিক্তংনি হল্লোক্ত্রবা। মফি নিংথি মুঙাইনা থোংদদা অঙাংশিংহুদা চৈরকই—

'নখোয়রু কার অমুক্তা উত্রিবরাও? লবায়দা লবায়গী অঙাং অত্তাক্লে।'

'অঙাং হায়রসিদি সি ঙাক্তুনিনে।' বিবহরিনা তপ্না হায়রকই। মঙোন্দা অশাওবা অমদি অকনবগী বাহৈ অমত্তা লৈতবগুম উই।

'লেংলগত্রা তাইবুঙো, যুমদা ঙহাক্তং লেংশিল্লগা চা অমত্তং ফাল্লবদি মুঙাইজগ্রনিদা।'

'চঙলরোই। সিদগী দি ইতৎ তত্তা নঙগীদা লাকলগদবনি।'

অমুক তোমালবু মচী অমদা কৌখোল্লগা বিরহরিনা তপ্না হায়রকই—

'নঙ লৌ খোইরুরম্। লৌফম অসে চেকোন ওম্ভোল্লগে। ঙসি নোংশৈনীসিদা থবক হৌরগদবনি।'

তোমাল শ্বায লাউই। মঙ হাগুম তৌবকই। মতু পুম্বা বিরহরিনা খঙবগুম্না অমুক মখা তাবকই—

'কবিসু খল্লুম্। ঐনা ফনবা লোইনা শীনগনি। পুম্নমক নঙোন্দা শিন্নগদৌরিবনি। থবক খুদিং নখৃত্তা তাগদৌবিবনি।'

বা অতু ফাওবা তোমাল তারিববা তাদবরা খঙদে। উযুং-গুম্না তুমিন্না লেপই। কাব অতুনা থৌখিবগী মখোল তারকপদা মঙফাওনবগুম তৌই। অতুদগী লৌবুক্তা লৈ হৌবিবা যনপোৎ, লাঙ্গোল অতু নীংশিংলকই। লৌবুকলোমদা মখোঙ থাংলকই। ময়ামতুনা করিগীনো হাযনা হংবতু ংহাক তাদে।

২

তোমালনা অতৌবা লৈবাকশিংতু পোলাংদা হাপ্পুনা মাগী মুশী ইবেতোনগী মকোক্তা থোংগৎলি। পীক্লিবা চগী তরুকলোমদা ঙাইরিবা মচাগুপাতুসু মমাগী মতৌ তগতুনা অপীকপা থুমোক অমদা মুঙাইবোই করিবোই মাসু লৈবাক্তু হোল্লি। অযুক অঙনব-দগীনি। হৌজিক্তি মুংশানা য়াক্লা শারক্লে। লৌবুক্তা যনপোৎ

খোইনয়ম্বশিং কাখরে। অত্তুগা লৈবাক তৌশিন্নরম্বশিংত্থ থবক্তগী পোথ নখরে। তোমালদি তুমিন্না অত্তুম্মক পঙতৌদা তৌই। চৌকা অনী ফারম্নগত্রা থল্লকই।

লৈবাক অত্থ হোন্না হোম্না ইবেতোন্দি মমীৎতগী মপি তারকই। তুমিন্না ফিজিনা তৈথোকই। লৈহাও চেল্লবা লৈবাকশিংত্থনা চীংগুম্না রাংনা পৈরকপত্ত উবদা। লৌবুক্কী অকোয়বদা কোম শাংনা তৌবত্থ উরগা মথম্মোইদা থাওমলক্কে। অসিগুম্বা মতমদা মপুরোইবনা লাঙ্গোল খোইবত্থ নীংশিংলকই। কালেনগী শারবা মুংশাদা অরাবগী মমি অমত্তা উৎতনা লাঙ্গোল খোইক্করগা হল্লকপা মপুরোইবগী শক্তমদো। হৌজিক্ক মপুরোইবনা থারিবা য়োৎলৈ অমমমশিংত্থ মাগী থম্মোইদা দং দং পানবগুম তৌরকই। মুমিদাং-রাইগী লিরি লিরি শিৎপা মুংশিংতা পাক্লবা লৌবুকসিদনি ঙাওরানবা মুমিংকী মশেক্তা কৌনাশিংনা ইথক হৌবত্থ। লৌবুক অমদগী লৌবুক অমদা চেস্থরকপা মশক উদবা ঈশিংগী ত্রোং ত্রোং ল'উবা মরক্তা উযুমশিংনা 'তুম' 'তুম' খোংবগী খোঞ্জেল হৌজিক্কমক তারকপগুম তৌরকই। অত্তুগী তুংদা সনা অহিংবা মচুগী জুম জুম য়াম্থবা কৌগী চরোংশিং মমীৎতা শং শং উরকই অহুদগী অমুক্তা হেন্না পিনা মমিৎ অদো থুম্রকই। মপুরোইবা উখিনি খন্দুনা ফিজিনা তৈথোকই।

চোকথরে। মশা পুম্বা চোকথরে হৌজিক্কি। অত্তুবু ইবেতোন লেপ্পা লৈতনা লৈবাক হোল্লি। হৈরি। পৈখৎসি চীংগুম্না। লৈহাওসিদগী থোরকপা ফৌনা হিংজরম্বী ইবেতোন, পৈশিল্লিবা লৈবাকশিংত্থগী মরক্তা ওন থোইরদুনা কপচনিংই।

তোমালদি থৌনা অমম্থং আশা ইরোইননা লৈবাক তৌরি। অতৌমন চৌকাদা লুপা তরানিপাল ফংগনি। কোমশিং অসি

তৌবা লোইরগা চেকোন অসিগী ভার অপুম্বা মাগী মখুত্তা লৈগনি। মানা পুম্নমক পান্নগনি। তলব ফংগনি। বিরহরিনা চানবিরবদি মহাক্কা মেনেজর ওইরগা মাবুসু কারবার কয়া তৌহল্লক্কনি। অমুক কুইনা বিরহরিগীদমক্তা বাজরক্কবা মহাকপু শেল পায়হল্লককনি।

*

সুমিদাংবাইদদি অমুক বিরহরিগী লৌকোল অতু মীনা কুক কুক ইমখরে। লৈবাক তৌবনা তৌবা। চেক মৈ থাফম চনবনা চনবা। থরা অমনা শঙশাং পরেং থবক শুবা মীনা লৈনবা শাগৎলি। অতুগা থরা অমনা অকোয়বদা তিংখং তারা খাগৎলি। খুলগী লম্বী তাবা অচৌবা লম্বেল অমসু শেম্মে। ঙরাং নহাক্ত তোমালনা খোইরম্বা লৌবুক অতু ঙসিদি লৌবুক ওইবগী মতৌ অমা ফা৺বা উখিদরে।

খুলগী লম্বীতুদা বিবহরিগী কার অতুনা লৌবুক তম্না থৌ-জিল্লকই। মহাজননা লাকপদা থবক শুরম্বা মীশিংতু ঙৈহাক লেপ্পুনা য়েংনৈ। অতুদগী অমুক্কা হেন্না থবক য়াঙশিন্নরকই। তোমালদি য়োৎপাক অতু থল্লগা গাড়ি তম্না চেনশিঞ্জে। হন্দক মরক্তি বিরহরি তোয়না লাকই। অতুবু তোমালগী ময়ুমদদি নোংমত্তা চঙখিদে। চা গ্লাস অমত্তং লাক্লনবগী খুদোংচাবা তোমালনা ফংজখিদে।

কোয়না চৎতুনা বিরহরি থবকশিং অতু য়েংই। তোমালসু মতুং ইল্লি। চীংতুমগুম্না রাংনা পৈখৎলিবা লৈবাকশিং উরগা বিরহরি হাইকেং পেনবগুম উই। অতুবু মচীন্দদি কাঙথোক্কে।

গেট ময়াগী কা অতুমগী জিম্বনা কুপ্পা য়ুম অতুসু শাবা লোইরে। ওফিস ওইনবা কা অমা, তুম্ফম অমসুং চাকখুমগী কা অমমমনি। মসিদসু নত্তনা শাংলবা পাকখনগী য়ুম অমসু লোইরে। মসিদনা চেক শুবা মীশিংগী লৈফম্নি।

বিরহরিনা লাকমিন্নবা মুপাতুদা হায়রকই—

'বহাদুর, হওচিং অসিদগীদি জিওনা কুপ্পা মুম অসিদা লৈগদবনি। পাক্তিগা তায়বদা খাইদগী কবা মুমিং থোক্লে। থবকশু মুমিংসিদগী হৌনবা হোৎনগদবনি।'

ঙসাই মখৈ তোমাল বিরহরিগা লোয়নরকপা মুপাহুদগী মরমদা থোইনা থল্লদে। হায় হায়গুম শুম লোয়নরকপা মী মাল্লই। হৌজিক্তি মুপাহুদা মুয়া য়েংলকই। বিরহরিদা হাইফেৎ মঙক নোম্লিবা মীয়াই চল্লকবা নেপালি মুপাহুদা। মাইথোংহুদা কনাবুমু অকিবা পোক্তবগী মমি তাবা মী অহুদা। তোমাল মমায় অহু খমক মকশিল্লি। মহাক্কা শাগৎচরম্বা আশাশিং অহু মীৎকুপ্তমক্তদা মচেৎ মচেৎ কায়শিল্লকবগুম তৌরম্মি। মশাহু হাইফেৎ নিকপগুম তৌরম্মি। মীৎকুপ অমত্তং মমীৎ উইশিল্লগা খাংডি।

'তোমাল, লৈবাক তৌবগী শেনফম হয়েং ওস্থোক্লগা ময়ামগী লোইনমক হংচিং পীথোকলগনি।'

বিরহরিনা তোমালদা ওনশিল্লগা হায়রকই। তোমাল খুমদে। হৌজিক্তি বিরহরিদা মমীৎনা ফাওবা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমলকখিদরে। পাউখুম ঙাইবা তৌদনা বিরহরিনা মখা তারকই—

'হংচিংতগীদি মমাঙগী অকুৎপা লৌফম অসিগী অকোয়বদা পল্লি থোনবা হোগদবা।'

'ফনি।' তোমালনা মঙগুম্না খুম্লকই। লৈবাক তৌবা থোনবা লোইরবা মতুংদা মানা করিমুক তৌবা? লৈবাক অতোমন খরসিতমকসিনা লোইরগদ্রা? মসিগী মতুংদদি কদায়দা অমুক কনাগী মখোঙ কোল্লহুনা পুন্সিশি হিংলুগদগে?

'নোং চুরক্তি, ঙৈদা ফুট মঙা তরুক বাংনা অকোয়বসি থোন-গদবনি। য়ারিমখৈ মী থাজিনগদবনি। লৌ মমুংদা ফুট তরামুক পাকহল্লগা ফুট মরি মঙা লুনা অকোয়বদা তৌরগা পল্লি থোনগদবনি।'

'রিং বন্দগী মওং ওইরব্রা?'

'মানি রিং বন্দমক্তি। ঙা থাদগদৌরিবনি। ঙাশঙ ওইনবা ইনা কুপলগা যুম মচা অমম্তু শাবা তাই।'

তোমাল অমুক তুমিন্না লৈখরে। মাগী মুপীগা মচান্নুপাগনা মখোয়রোমদা হাইফেং হাইফেং য়েংহুনা লেপ্লিবহু উরকই। মখোয়বু উকুরগা অমুক্কা হেন্না তোমাল হৈনবক্তে।

'রিং বন্দ অসি নঙনা য়েংশিনগদবনি। ঙাশঙহুদা নহাক লৈবা তাই।'

তোমাল হন্দকশু তুনিন্না তাবা নত্তনা খুমদে। বিরহবিনা করি থল্লুরবনো অমুক হায়বকই—

'চেক্কোন অসিদি বহাদুরনা পান্নরসন্নু। হিসাব নুংশাব পাবহু নঙদি কয়া হৈগদবা মান্দে। অহুনা তৌবনি।'

ক্লার অহু উকুল ব্রা ব্রা হৌবমখৈ থুলগী লম্বীদা খোখরে। তোমাল নোংচুপ থংবা চীংশাং পরেংগী মকুনদা নুনিংনা লৈশল-লকপহু য়েংই। অহুদগী য়োৎপাক অহু তৌরকই। তুমিন্না। য়োৎলৈ থুনা। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা। পাক্লবা ম নেম শিনবা থুংনা অমম্বনা তপ্পা তপ্পা কুপশিল্লকই। তোমালগী পুন্সিন্নু অমম্বনা কুপশিল্লকপগুম তৌরম্মি।

৩

শেলবু লৈরবদি তৌবা ঙমদবা থবকপু করি লৈরিবগে? তোমালনা উরম্বা লৌকম অদো ঙসিদি অচৌবা চেক্কোন অমা ওনখরে। চেক শাবা, ইকপা, চেক কাইথোকপা পুম্নমক বহাদুরনা পান্নে। অসিদম্তু নত্তনা য়োনবগী হিসাব মযামম্তু শুবিবনি। অহুবু বহাদুর কবিম্তু ব্রানা উদে। মুমিংচুপ্পা ক্কা অমা শাররহুনা

হিসাব বয় অমগা নোকফেং নোকফেং তৌহুনতা ময়ৈ। করিগুম্বদা লাউ-খোংদবসু নত্তে। মরমশুম্না নত্রগা কুইনা লৈরক্লবগুম। মহাক্না চেকোন অসিদদি নিংথৌনি। মহাক্না য়াত্রবদি লোইরে। মাগী য়াথং বিরহরিগী য়াথংনি।

তোমালসু নোংপোক চিদাইদা শারিবা ঈগী ঙাশঙদা যুম হোংদোক্লে। মশাগী ইংখোলদা য়েনশাং-নাপী খরা থাবা নত্তনা থবক অমত্তা শুদে। করিগুম্বদা ইংখোলদগী রা মচা অমত্তং য়াল্লগা য়েন্দাইগুম্বা খরা শাবা নত্তনা। অতুগা বৈদৌমুংদসু তোমালনা বহাদুরগা রারী খক শারুদে। বহাদুরবু থমুংদা হু চাতরেংকুম্না মহাক্না তুকচে। হৈনদে। নোংমতা চীন্দা পাউদানখিবা লৈখিদে। অতুবু করিগীদমক্তা বহাদুরবু মহাক্না অসুক্না মতিক হৈনদ্রিবনো হায়বা মশানফাও খঙজবা ঙমদে।

৪

অরেপ্পা লৈতনা নোংনা কপ্পা চুবি। মুমিৎ খরনিসিদি নোং পুববা অমুবা লৈচিন নত্তনা আতিযাসিদা মুমিৎকী মঙাল অমত্তসু উখিদবে। ভকোইবদা লৈবিবা লৌবুকশিং লংচাক শারবা ফৌগী মতোনশিং, মরিক চুপ্পবা ফৌনাশিংনা ইশং শংলি। নাপী পেংবা, ঈশিং যাংতোক ফাংচিন, লৌরক্তা লু থুম্বা, তাম্না তাম্না য়েনপাক-তমক মযেক শেংনা চাইনা চাইনা মী কয়া লৈরি।

তোমাল অপিকপা ম ঙ্গোল অতুদা বোরা অমদা ফমতুনা পয়া শিরি। থুমোক শানবা। তৌফম খঙদবমখৈ ইবেতোন মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা ঙাতুনা ফম্লি। পাক্লবা ঈশিংগী ঈমাইদা মুপ্পা য়েংলি। ইকোয় কোয়না পল্লি খাজিল্লিবা পাক্লবা ঈশিং ঈপাক্তুদা। য়েংবতনি। ময় ইদা হুপ হৌবিবশিংতুগী মরক্তা ঙা ময়াম্না শাম্নবতুদি মহ.ক উদে। ঈশিংনা রাংখৎল-রাংখৎলগা ঙাশিংনা শাম্নজবদো।

অশংবা চীংমায়শিংগা অশংবা লৌবুকশিংগা লোইরোই লোই-রোই শময়রিবা, মশক উদবা উথুমগী মখোল, উচেকশিংনা লৌবুক অমদগী লৌবুক অমদা পাইত্তুনা শায়বা মসি পুম্বা ইবেতোন য়েংলিবরা য়েংদবরা খঙদে।

'ঈশিংবু চাউগদৌরিবরা? নোংসি খুৎচু অমা তৌই।' তোমালনা হায়রকই। অহানবদা ইবেতোন তাদে। তোমালনা করিনোমবা হায়খি হায়বসি খঙই।

'করি হায়বা?'

'নোংসি ঈশিং চাউগদবা মাল্লি হায়বনি।'

'হায়গুমদনা শুকলেপ্পু লেপ্লে। তুরেলসু য়াম চাউখৎলে।'

'লৌশিং অসি হাৎথ্রবদি চবা হেন্নরগনি। থিৎ হাংবসু ফরবনি।'

মথা তাল্লখিদরে। মখোয়না উজবা লৌ মচেং অমত্তসু পাল্লবা লৌবুক অসিদা য়াংজেদ্রবনি। ফৌ পাম্বী অমত্তংগী মপু হায়বত্তু শুইজদ্রবনি। অত্তুবু চুং ফিবাল চারবা ফৌনাশিংনা লেক লেক লাউনা হাই-হুমজবত্তু উরগা মথম্মোইশিংত্তুসু হাই-হুমদুনা ইথক হৌজে। তৎন থানবা য়াদ্রবা মবী অমা লৈজবগুম তৌই। চহী খুদিংগী কোৎতা ফৌ খরা খরা হাপচবদু নীংশিংলকই। হৌজিক্তি বিরহরিনা থাগী লুপা ৩৫০/৩৫০ পীদুনা চেং য়ান্দুনা চারক্লি। বহাদুবনা কয়াম ফংলিবা মখোয় খঙদে। হংসু হংলুদে। মীগী লৌরাং খরা শুবা য়াওকবা নাপী পেংলুবা মত্তুদগী ফংলকপা খুৎশুমন খরত্তুগনা পাক্লা শানবা হিংনবা হোৎনবা নত্তনা করিসু উপাই লৈতে।

লমহাংদা নাইতোম লৈবা যুমসিদা হৌজিক মখোয় অনীতনি। মচাত্তুসু স্কুলদা চৎথ্রি। নোংদি লেপ্পা লৈতনা চুপ্লি। ইনাশিংদা

নোংনা পোপ পোপ য়ৈবগী মখোল নত্তনা পুম্নমক চীক্লে। অচীকপা অসিদনি মখোয় অনীত্তা কল্লিবা। চহী তরাহুমদোইরোম অবা মুঙ্‌ইদা লেনমিন্নরক্লবা মখোয় অনিতমক। তোমাল মাগী মুপীদা মুক্না য়েংজৈ। মীৎকুপ অমত্তং পুন্সিগী অন্নাববু কাউথোক্লুই। কয়াদা কজগ্রবা মায়থোংনো? লৈশারিঙৈগী শক্তমবু নীংশিংলকই। ইবোতোনসু মীৎয়েং অহুদা য়াখলনা ইরাক্লকরবা খুদিং মীৎকুপ অহুদা কাওথোকই। অশাংবা পাক্লবা লবুক লমহাংদা কদাইদগীনো মপুরোইবগা চেন্দুনা শান্নজকই। মুমিদাংয়াইগী নোংজাবিনা ঙাংশং ঙাংনা ফুদোংলবা আতিয়াদা উরোকশিংনা পাইরিবহুগী মরক্তা য়াওজকই। অমুক্তসু মুমিৎনা চীং মরুমদা লৈশিল্লক্লবদা চীংশাং পরেংগী মতোন অহুদা মপুরোইবগা অমনা অমুক তান অমনা অমুক তান চেন চোংহুনা শান্নজকই। লমদা থাগী মঙাল য়াওদবা অঙাংবা মুমিৎকী মচুদা লুপ্তুনা শান্নজৈ ইরাং হৌরবী ইনথংলক্লিবী মুপীমচাগুম। পুন্সি খুদিংমক্কি বসন্ত অমুক অমুক লাকনরি। মসিমক্লনি পুন্সিগী অবা অনা কাউথোক্লরিবা। হিংনরিবা। যুগ কয়া পুহুনা লাক্লরিবা।

*

নোংদি লেপ্পা লৈত্তনা তারি। থবানগী অমম্বা অহীং অসিদা অয়াম্নদা খুলগী হুইশিংনা শিথ শিথনা অমুক অমুক খোংলক্লি। কপ্পা মান্না। মসি নত্তবা মখোল হায়রবু নোংনা চুবগী মখোল নত্তনা অমত্তসু তাদে। আতিয়াদা থবানমীচাক অমত্তসু উবা ফংদে।

অহীং অহু থেঙলম্নগনি। নোংঙানগদবা কয়াম বাৎলিবা ভাবনা শাগৎপা ঙমদে। তোমাল তুম্নবদগী মীৎকপ থোরকপদা অমুক তুমথবা য়াদরে। মঙল মঙল থল্লি। কদায়দগীনো বিন্নহন্নিবু নীংশিংলকই। মহাকশু অহীং অসিদা তুম্নমগদ্রা? তুমলমদসু

য়াই। মোল্দুম মোন্তেক মথক্তা লোংনা হিল্লগা হিংস'ব কয়া পারয়বা য়াই। অতোপ অতোপ্পা কায়বাশ্বী মঙ কয়া মঙলবা য়াই। য়েত্রগা লাই কোটি কুহ্রুতমদোইগী মুর্তিশিংগী মমাংদা কময়হনা পুজা তৌরম্বা য়াই। মসিদি কয়ায়ক মহাক্কা থেংনরকুবনি। য়াকচিংগী ঈংত্রবা নোংঙাল্লমদাইদা লৌশাল কাবা চংপদা কুরিং অমত্তা লিংতবমথৈ চন্দন পাক্কা থিন্দুনা হেক হেক লাইখুরুমহনা লৈরম্বদো মমীত্তা শং শং উরকই। ধুপ থাগুমৈগী মুংশিরবা মনম মরক্তা। মন্ত্র কয়া থীহনা লৈরম্বদো। ঈশ্বরমক্ত মাঙদা লেপ্তুনা আশিবাদ পীবগুম্মি। তোমালনা অসিমম্তু হেক হেক খঞ্জে — ইনাকখুনবশিংনা লাই নিংবদি অশেংবা লাই নিংবা মাল্লি। ঈশ্বরমকম্তু ইনাকখুনবগী ইমুংদতা লেঙশিল্লি। লাইববগী থোঙজিল্লদদি হৃয়কাও য়েংলগদে।

অহুদগী শাত হৈবা যুমথক্তা লৈবা চাউরবা কা অহুমগী কোং অহুম্ম মমীত্তা উরকই। ফৌতনা চোলহোৌবা কোং অহু। চহী কয়া চানগদগে খল্লকই। কদোমদগী নো খঙহৌদে বগাহুববুম্ম নীংশিঙ্গকই। নোংজুথাসিদদি চেক্কোনগী থবক অপূম্বা লেপ্রে। মহাক্কী থবক হায়ববু তম্ব। চাবা কোযবা অসিতনি। কা চথোম চাওনা চাবগা বেদিও তাবা অসিনি। খুম্লক্তা হাইজিন্দুনা করি-গুম্বদম্ভু কোযকই। চেক চিংবা ষন গাড়িয়ালাশিংগী মযুমদা। মখোয়দদি চাউরবা অতিথিনি বহাদুর। জিম্মদা নোংনা যৈবগী মখোলদা নাওগুম ঈশৈনা গুম্বগুম মহাক ফুঙাইনা তুমলমগনি। ফুঙাইবা মঙ অমা মঙহনা।

॥

তোম্মাল মনাকোংদা মখোল অমা তারকই। ইবেতোনবু মগা নোমহনা হোৌদোকই। ইফিং ফিংনা ইবেতোনম্ভু হোৌগংলি।

'মখোল অসে, মী লাংবগী খোঞ্জেল নত্রা?'

তুম্ন্ বদগী হৌগৎলকপহ্নদা ইঙাও ঙাওই। ইবেতোন অহানব-দদি নোংগী মখোল নত্তনা করিমত্তা তাৱমদে। অত্তুবু মন্নোন মরাং ওইনা অরাঙবা খোঞ্জেল অমা তাৱকই।

'মানি, মমাঙলোমদনি। তুরেললোম থংবদনি।'

তোমাল হৌগৎলি। খোঙ হাংদোক্তুনা মপান্দা য়েংই। নোং মরক্তুদা থাঙনৈগী মঙাল পরেং অমা তুরেল মপান্দা উরি।

'করিগীনো অস্তুক লাঁঙলিবসিবো?'

'ঙা ফাবা ওইরমগনি।'

'ঙা ফাববু অস্তুক লাঙবরা? ঙমুক্তা চৎতুনা য়েংলুসিরা?'

'অমম্বসিদা লৌরক্তা করম্না চংকদৌরিনো? ওইনিংবমথৈ ওইজসন্থু হয়েং নোঙাল্লগা খঙগনি।'

ইবেতোননা য়ানিংদবা উংলকই। হায়গুম্লদনা হৌজিকপু য়েংলি মখোঙ অনী অহুমবু করম্না লৌরক্তা চংলুগনি খল্লকই। অতুবু তে মাল তুরেল্লোমদদি মুম্না য়েংতুনা অতুম্মক লৈরি। ঙহক্তংগী মন্নুংদা মী কয়া চেম্থোক চেনশিন তৌরি হায়বা খঙলে। থাওমৈশিং অতুনা লেঙবত্থদা। ইরং ইরং লংবা মঙাল য়াওদবা থাওমৈশিং অতুনা মীৎকুপ খূদিংগী মফম হোংলি। লৌ মরক্তা মখোল তাৱকই। ইরৈ কম্না লৌরি অমদগী লৌরি অমদ চেম্থরকপা ঈশিংগী মখোল। ইমম মমই। করিমত্তা উবা ফংদে। ইমুংদগী লারটেল অতু তোমালনা লৌথোক্লুই। রাংলপ থাঙ্গৎলগা লৌবুকলোমদা মুম্না য়েংই। ঙসাইত্তমক থূগী মথক্তা রাংহৌবা ফৌ পাম্বীশিংদু অমত্তা লৈরমদরে মন্নুগী মহুত্তা অচৌবা পাং অমা ওললে। ফম-থরগা ঈশিংগী ঈমায়দা ঙহাক য়েংই। থরা থরা রাংথৎলকই হায়বা খঙলকই। পল্লি অতু য়োগদবা থূত্নুপ অমরোমতমক মঙাইরে। করিগীদমক্তা তুরেল্লোমদা অস্তুক লাঙলিবনো হায়বা তোমাল তাৱ তাৱক্লে। ইবেতোন্দা হায়রকই—

'তুরেল কাররে। লৌ লোইনা থুম্রে। হয়েং য়োরবদি পল্লিসিকাওবা থুম্বা য়াই।'

'অত্থদি কমদৌনি?'

'কায়রদি কায়রেদনা। ঐখোয়না কৈদৌ ঙম্মনি। সরকার-না মরাই থিংজনি।'

হায়জবতনি মচীন্দা। তোমাল অমুক পম্থবা তৌদনা য়েন-পাক অমা তুপশিল্লগা অবাংলোম থংবা পল্লিদা চেনবোই করিওই লাকই। মতুংদা ইবেতোনস্থ তকিং তকিং ইন্নে। নোং মরক্কুদা খরা নমথবা পল্লিহুদা লৌবুক্রোঃদগী পাৎলোমদা ঈশিং চাউনা হাজিল্লম্বত্থ উরকই। য়েনপাকবা লারটেলগদ, ইবেতোন্দা শিন্নরগা লৌবুকলোমদা মখ্বাং য়োবমখৈ কুমথৈ। লৈনাংওই করিওই তৌবা লৈবাকশিং পেকখৎলগা হাপচিনবা লাকনরকই। পল্লি মথক্তুদা। ঈশিংগী ঈমাই বাংখৎলক্লিবগী মতিক পাশিনবগী চাংস্থ হেনগৎলকই।

কম্না চুরিবা নোংগী মখোল অত্থদা ইবেতোন অসোম থংবা পাৎলোমদা হৌরবা মখোল অমা তাবকই।

'মখোল অসি করিনো? পল্লি কায়বগী মখোল নত্রনে হৌজিক্কীত্থবু?'

'চেল্লনে, অমুক্তা য়েংলুচোনে।'

ভাব ইতা তাদনা তোম'ল লাউরকই। পল্লিদা অমুক কাখৎ-লগা ইবেতোনগী মাঙ থারত্থনা মখারোম থংবা পল্লিদা অমুক চেল্লকই। মঙম শান্দবা লারটেলগী মঙালহুদা উবোই উদবোই। কুৎথরবা লৌবুকলোমদা লম অমরোম পাক্লা পল্লিত্থ ফক্কায়ত্থনা পাংকী ঈশংত্থ বা বা চেস্থরি। তোম লম্থ তৌফম খঙত্রহুনা ঈশিংত্থদা কুমথৈ। শাফুত্থ অহুকী মতিক কল্লি। লৈবাক হাপ্পুনা মেল্লবস্থ কান্নররোই হায়বা খঙলকই। হাপ লব লৈবাক খুদিং ইরৈনা চেস্থখিগনি। অত্থগা হাপকদৌরিবা লৈবাক অত্থম্থ ঈশিং অসিদা কদাইদগীনো লোগদৌরিবা। অত্থবু ফৌ পাম্বী য়াওরবা

লৈবাকশিং লৌবুক্কী পেকতুনা হাপচিল্লি। অহাপ খূদিংগী ইরৈনা চেন্থখ্রি। নোং মরক্কুদা লারটেলগা য়েনপাকতুগা থন্নগা ইবেতোনস্থু শুরু যেংলম্বদগী কূমথবক্নে। মখোয় অনী চঙতুনা হনবা নাইদনা লৈবাক হাপচিন্নকই। ঈবৈদি অম্নুন অতুম কনশল্লুকই। হাপলিবা লৈবাক খূদিং খূদক্তা অমুক লৌবুক তম্না তাথখ্রি। লৈবাক্তা নত্তে, মখোয় অনীস্থু অমুক অমুক ইবৈতুদা চেন্থ। অমনা অমবু অমুক অমুক চিংখৎনবি। হৌজিক্তি লারটেল অতু থঙহৌদনা মুৎখবে। চগী অনী অতুম শুনবা চাউব চ উরবা ঙাশিংনা মখোয়দা শাক্সু কন্না কন্না য়ৈরন্নগা লৌবুক তম্না চেন্থখ্রি। মশী খঙদবমখ। কাগা য়াম্না চেক্তে কথ্রব। ভাবনা শাবা থমদে। উপাই লৈত্রবতুদদি মখূৎ অনী চেংনা পাইনরগা কমবোই পাকথবোই ঈশিং মন্নুংদা কমথবকই। পল থিংবগী মংদা। তোমাল বহাত্তবনু নীংশিনলকই। মতু কশিবগুম মুঙ ইনা তমলমগনি। মগী জিক্সনা কুপ্পা যনতুগী মখদা। অমুক্তং মাবু কৌকসিরা খল্লকই। অতুবু বাখলতু থংনবা মীংকুপ্তা অতুম থাদোক্লে। বিরহনিবুস্থু নীংশিংলাকই। ধুপ থাগৈম থাহনা লাইনিংতুনা লৈরমগদ্রা? মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা নুংশাইনা য়াতারমগদ্রা? নত্রগা কাবব বগী হিসাব ময়াম খোংলগদ্রা? অতুবু থংনবা মীংকুপ্তুদি বিরহরিগী চীং লেম্বা মাইথোং অতু মাংখিতুনা হিংচাবগী শক্তম অমা লৌরকই, অতুগা মথোন্দা শাগনা চৈ-থাতুনা লাউ খোংবগুম তৌবকই। বন্দ নমথাইহন্দুনা ঙা কয়া মাংহনখিবগী।

নোংস্থু হেন্না কন্না চুরকপগুম তৌরকই। ইরৈস্থু কনখৎলক্লি। তুবেলগী ঈশিংপুম্বা পাং অসিদা চিশিন্নরক্লবগুম। অমুক হন্না মতৈ মনাংতু ইরৈনা চেন্থখরি। লৌবুক তম্না থবো থরো ওনথে। অমমবদা কোয়মা মানবগা মথূৎ শম্নতুনা কাখৎনিন্নরকই। অমুক

অকাপ্পবা মকমদুদা কৈনা। কৈনা হিংখৈ। মথুংশিংদু ঈশিং নম্বুংদা কম্না পায়শিল্লে। অমনা থম্না ইবৈদা চেম্বগা, অমনা অমুক চিংথংনৈ। ঙাশিংনা অমুক অমুক শঙ্গন কম্না হুকচাংদা য়ৈরবগী অনাবদু ফাওরকই। মখোয় অনীমক পুনচেংক চোকথরে। অদুবু হনবা নাইদে। অদুম্না কথানা কুইনা লেনগদৌম্নিবা হায়বদু ভাবনা থক শাগৎলুদে। কল্লি তৌগদগে হায়বফাওনা খঙদবমথৈ। অদুম্না ইরৈদুদা অমুক চেপ্ত অমুক কাখৎ তৌদুনা হুকচাং অনৌদুনা পল্লি ওইনবা লাকনবকই। কুইনা ঈশিংদা তিংলকপদগী ইংবনদু লোইরক্লে। অদুবু নচান্দা কনানদু কাঙথোক্লদে। শুক শুনা মম্বা থম্বানগী অহীং অসিদা নোংগী মখোল ইরৈগী মখোল অসি নত্তবা অমত্তা তাবা ফংখিদরে। অদুবু মবক মরক্তা অথাপ্পদা থুঙ্গংগী হুইশিংনা শিপ শিপ খোংলকই। অকপ্পা খোল্লেলগুম্না। অহীং অসি লোইবা নাইখিদবে। ○

# নীরেনশঙ

ডাক্তর অতুনা নীরেনশঙদা ঐঙোন্দা তুমিন্না হংলকই—

'করম্না শিবিবনোনে নাবু?'

'নঙনা ব্লদ কেনসরনি হায়বদায়? নঙগী ডাক্তরগী মরোলদদি। মহৎ চুমবা ঐহাক খঙদে। ফরে নিংপুর্বা থমমখো অহুবু করম্বনো হৌজিক্তমক য়াম্না চোকশিন্না যেংশিনবা বক্লিবসে।'

'নঙনা খঙহৌদনা হেক্তনক নাত্রোকখিবসি যাবা নত্তে। ইংগ্রবা অমম্বা, অহুনীংহুদা করম্বনো অমোৎপা নালাজ্জুদা নকোক যুংশিল্লমহুনা, লৈরম্মিবু? নঙবু মী থরনা হাংদোক্লগা হুন্দোক-লম্বরা হায়বনি?'

'ঝাহংশিংহুগী অর্থনরি ঐনা হংলিবসু। কনাবুনো চৈথক পিগদৌরীবা? মহুৎগী কান্নবা হৌজিক্তি ঐহাক লৈতবে।'

'মসি আইননিনে খণ্ডদবা য়াদবনি।'

'আইন? আইন হায়নরা ডাক্তর? মহুবু করি লোম্নো?' ঐনা ঙাঙবা পূম্বা ত'দবমথে ডাক্তর অহুনা মাগী খুৎলাইনা হকচাং পূম্বা থা থাহুনা য়েংলকই। পুক অসিস্থ শাংনা হোৎলোং হোনা শেগায়রমাল্লে।

অহীং তদো। অহীং অহু লৈচিন্না পূমথা থারম্মি। নিংথম-থাগী অহীং অহু। কয়াদা ঈংথ্রবা। পাথ্রবা ফুরিং অহুনগা মতু অনম্ভ্রা য়াওদ্রবা শামতুগী কম্ফাতি অহুনগা নিংথমথাগী অহীংদা লাকখিবহ্ লম্বীতুদা। চহী কয়া মখোযনা হুৎলব্রবনি ঐবু। ল-তোংদা পকশিন্দুনা নৈখরে অকিবা হায়বহ্।

খোংনাং মখোঙগী তুকান অহুদনি। বস পার্কিংগী। ঐনা ইত্তোমতা য়ু থক্লুনা পূং নয়া ফনখিবা। পূম্নক নীংশিংদবা পাম্মী। অহুননি পুঙপঙ পঙথবনাইশ য়ু থকখিবা। খঙবা ঙমদবে মুনীং কয়ানিগী তুংদনো নীবেনশঙ য়োরক্লিবা।

'ডাক্তর নহাক করি খঙলবগে?' ঐনা তন্তনা হংলম্মী। মাগী মনাতৈন অমদি মচিন খুম লবা ফিঙৌ মচেং অহু লৌথোকলগা ঐগী নাকোং ময়াদা তপ্না খুমলকই—

'ভাব অনম্ভা ত'বা ঙমদবে। অহুবু মমুং অসে পূমপং পংলম্লে। থা কযা চহী কয়া অমুম্না পংলক্লে।'

'ঐ সিদি?'

'উম, অমতুস্থ য়াওদ্রেমাল্লে।'

*

ফাইল অমদি হিসাবকী বোয়না ঐগী শীকলবা কা অনৌবী কক্লংশিং ওইরম্মী। টেবলহুদা ফাইলশিংস্থ কয়াদা য়ামথ্রবা? মীৎকুপ থরদংদা. পূং থরনংদা নত্রগা চহী কয়াগী মমুংদা ফাইলশিংহু

লাকনি—ঙংখিগনি। তৌঝদি থুব্রবা কান্নুংদগী নাম্থোক্রবা পীক্রবা খোঙ অমত্তগু কাংপা ঙমদে। মপানগী সংসাগ্রগা ঔগা কব্রিগুম্বা অমত্তা কাওনখিদত্রে। অতুবু মীহুৎখোঙ মচা অমত্তংদি লৈরি। পীকপ্রবা মীহুৎখোঙ অমা। মতুদনি ঐনা য়েংলিবা চীং, তুরেল, লবুক,· লমহাং। মতুদা চেন চোংতুনা শাম্মখিবা অঙাং ময়াম। হুমিদাংবাইদা ঙাঙ্গানবা নোংজাবীগী মচু মরক্তা চীংয়াদা উরোক-শিংনা পাইখিবত্তু। অদগা মতুবগী লম্বীতুদা ইপোম কানা পাখং লৈশাবী কয়া নোত্তুনা চংখি রাবী শাতুনা। মখোয় কয়া। অতুবু য়েংবতনি। উবতনি। লম্বীদি লৈত্রে মীহুৎখোঙসিগা ফাংনননবা। ঐগী হ য়বনু তহীংদফ.ও ফাইলশিং যেংশিনবা তারম্মি। অমনবা অমদি অনৈবা যাইল কয়া। থনখি— কনাগুম্বা অমত্তং মীহুৎখোঙসিদ য়েংশিনবিব্রবদি খুৎ হুৎতুনা কৌশিনগে। অতুবু কনানসু যেংলকখিদে মীৎচিনযাংবা। ফন লাংতুনসু ভাবিখিদে।

থেঙলবা অহীংতুদা পাগ্রবা ফি অতুমগা ইত্তোমতা ঙহাক্তংনি পোখানবা লাক্লরুগা। ঐগী মপাঙ্গল য়াওদ্রবা কংথোন্দা। (ঐগী মুপী নত্তে ঐগী মুপীগী মরমদা কবিনে। অমুক হায়কুগদবা মহাক্কী মফম লৈতরে ঐগী কান্নুংশিদা অনৌবা ফাইলশিং অতুনা তোখায়-না থম্বীবে। অতুবু মুংশিপ্রবা ঈংজপ্রবা তপপ্রগনি মহাক্তো ··)

অতুদগী—

পীক্রবা মীহুৎখোঙ অতুদনি মঙং মরিম নাইদবা তমথিরবা জীব অতুনা চঙলকখিবত্তু। ঐগী লুথুমগী কাংথোন ময়ামত্তুদা ঐবু তপ্পা কোনশিনকখি। ঐনা নাম্থোক্লবা হোংদৈনা। মাগী মশীং নাইত্রবা পাম্বোমশিং অত্ত মপাঙ্গল কল্লি। অতুগা মশীং নাইত্রবা মমিংশিং অত্তনা ঐত্তোঙ্গা মুম্মা য়েংই। মমীংশিংদো কন্নজ্ঞা, লংজ্ঞা ঃ মকীংশিংতুদা মীকুপ অমত্তকাওবা য়েংবা ঙমদে। ঐহাক খঙমরম্মি। খোঙ খুংশিং অসি মপাঙ্গল অমত্তা য়াঙনব-গুয়ে। রুয়াদা কিক্লকপ্রবা— হুকচাং পুম্বা অকা অপুমগ্রম্মি।

'নহাক কনানো ?' শক্তি হুম্বরবা ঐগী খোঞ্জেননি।

'ঐবু শক খঙত্রিবরা ? অমুক মুংথিল চুপ্পা ননাক্তগী হেন্দোক্তন-বা ঐহাকপু। মরোম মবোল লোল্লবা হিসাব অমদি ক্ষাইলগী মরক্তা ঐনা নঙবু শেম্নহুনা লৈরি। ঐনা কোয়শিন্দুনা নঙবু কাইল ভ্যসিগী মবক্তা থম্বনি। মতুনা নহাক নাম্থোকপা য়াদনবা।'

'মতুনা নঙোন্দা করি কাম্নবগে ? ঐবু ক্ষাজিল্লগা খোঙখুৎ পুনশিল্লগা নহাক কবি তৌনগদগে।'

'ঐনা হিংলি নঙগী ঈদা। নঙগী মযায় কল্লবা ঈদা। নঙগী পুন্সি ওইরিবা ঈদা। অসুম্না চহী কয়া মীয়োল কয়া ঐনা নঙগী চাকখাও অমদি ইশ্রি পুম্ব। শুপশায় পায়শিল্লগা নঙগী খৌরিদা ঐনা ঈ থক্লি।'

'ঐহাক খঙলে নহাক ভেম্পায রনি — হিয়াং অথৌবনি।'

'ঐনা নঙোন্দা অমুক জেনেসিসপু তাক্যখগদ্রা ? পৃথিবিগী ইভোলুসনদগী ভসি ক্ষাওবা চৎনরক্লিবা অশোন্নববু অকনবনা তুহৎপা অঙম অঙম শেৎতুনা মুন্দুনা চানবগী নিতি। নঙনা পামজবা নঙনা শেমগৎচবা কালিম্যুগী তনথিবরা শক্তম লৌরবা গনতন্ত্রগী মূর্ত্তিনি ঐহাক।'

অতুদগী মমায় লুকথরকই। ওকচীনগুম্নবা থারবা লেকলেক লাওরবা মচীন অতুনা খৌবিগী ঈ উতোংদা চুপলকই। ঐহাক পঙথরক্লম্মি। থল্লকই— ঐগী ফিবম অসি করিনো হৌজিক। ঐগী মুপী ঐগী ইচা পুম্নমক অসুম্না মরাইবক্তা তমথ্রবরা ? ঐগী যুম্মলনে মসিবু ? ঈশিং খুজোক অমকাও তাত্রবা ক্যাসিবু। প্রকৃতিগী ক্ষজবনা কদায়দা না ? মুশ্রিদাংবাইগী চীংয়াদা লৈথরক্লবা মুম্নিংকী মশেক্তা থা-থবানমীচাকী মঙালদা থাবলৈগী মনমদা পুক্সিগী কজরবা মঙ মচেৎ অমত্তং মঙজবগী রাখলহুনা কদায়দা চংথ্রবগে ? হিঙলিবরা শিরিবরা খঙদনা অসুম্মক নরকী কোম্নদা পুথরে।

নোং ওাললীবরা হায়বহ্ন ঐহাক খঙদে। অমান তারকপদদি ঐগী খূরবা কান্নুংসিদা ফাইল অমদি হিসাব বোয়শিং অহ্ন হেক্তমক ম'য়োক্লবা তারম্মি। ককথোক ককশিনমক্তা তৌবদা হুকচাংসে পূনতেক তেক্লে। ককথোক ককশিনগী খোরি খোয়াংবা ময়াম অ'সিমক্তা ত-থীরবা শাহুগী মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লে। থন্নাই পা'ল্লক্লে। ফাইল অমমন্না হিসাব বোয় অমমন্না মমীৎ লীশীং কয়া মথূৎ লীশীং কয়া পাল্লক্লে। অসুম্ননি অযুক মুংথিল নাইদনা থন্নাই ওইরিবা পুন্সি ওইরিবা ঈ অহ্ন অসুম চুপথি।

অহুবু মুমিৎ অহুদদি ঐহাক কান্নুংদগী নাম্থোরকলম্মি। কম্মনো ঐহাক খঙদে। পাক্লবা সংসার অমদা থোবকপদা ওমথৈ লৈতনা হুবাওজরম্মি। ঐনা মপান নাইদনা য়ু থক্লম্মি। থোংনাং মখোণ্ডগী হুকান্দুদা।

*

'নহাক হৌজিক্তি হায়রোদনা কবম্বা মীশিনোনে ঐনা শিন্নিবসিবু।'

'ঐহাক ভাব তাদ্রি। ঐগী একজ্যমিনেসন লোইদ্রি।'

'লোইরোই। লোইবা নাইরোই। মীহাৎ অসিগী দন্দি কনাদম্নু পীবা ওম্লোই।'

'ভুমিন লৈয়ু। লেঙগমু।'

'ঐহাক অমুক্তা হৌগৎকে।'

'করিগী?'

'ঐঙোন্দগী চুপথিবা তনোয় তনোয়বা শাহুদগী ঐগী ঈ অহ্ন অমুক্তা চুপথোকপা ওম্বরা য়েংগে।'

'নঙনা লৈরিবসি মীরেনশঙনি থঙলবরা?'

ও। চুম্মি। ঐনা লৈরিবসি মীরেনশঙনি। মসিদগী হৌগৎ-লক্লগী ঐগী থৌনা লিংজেল লৈত্রবনি। O

# ঐখোয় য়ুম্নোক্ববা

ঐখোয় বাজ্জিদি অরুম লাইহৌ হেক তৌবগা ফৈজুপ শুপচিন্দুনা পঙতুমদা তুমহন্না লৈ। মাইবগী নম্রগা ডাক্তরগী থ্রিদাক লাংথক্কা অমত্তা চাও হায়বা য়াদে। মতম অমগী বানি। ঐখোয় বাজ্জিনা হিংলিঙৈগী। ঐশু বাজিগী মতৌ ঙনহন্না মুমিং হুম্মি শুরক্লে অরুম লাইহৌনা নাহন্না কাম্থ' শুপচিল্লগা খাঙহন্না লৈরক্লিবা। ইফং কত্তে। ডাক্তরগী শুলি অমত্তংদি কৈহল্লসিরা হায়না খনবদমক মঙাইরি ইতৈমা েোনিবাল্লানা লাউরকই—

'করিনো য়াহৌরকপগা মঙ্গল ওইদরে। অমাংবা পরেং অমগা য়েনখালিদা। পরপ পরপ শেংদোকউকো ইবেম্মল।'

মাংগোলগী দারিদা কমহন্না ইবেম্মল কোন জিক'কৈংল হায়বা ঐহাক্ থঙ্ডি। ঙরাং নহানগা নোং তাখিবগা নাপী ঙাক্তা

ভাম্নরবা শুমাং অহু চোং চোং লাউবহুদা কোল্ল কেনকম্ন ফাওবা নৈত্রবনি। ইবেম্মল খুদে।

'মুভিমক্কি ভাঙনবসিবু করিনো হায়নি—' অমুক মখা তাখি। চুপী, মুভিগী হায়নবগুম্বনি। ঐখোয় বাজিনা হিংলিঙৈ মতম-দগীনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা য়েনখাসিমক্কদা অহুন খোঙ হাল্লকই। ঐখোয় বাজিদা ইপল তোমালনা মুংতিনকী ভাঙঙি। অমাংশঙ শাদবগী। মোংপগী। হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি। কংক্র, শাফি, কন্তনি, হৈজ্রাংনচিংবা হাপ্পা চেকশিল্লা থম্বা উপু মচাহু। ঐনা থাংদোক থাংজিন তৌই। মৈক শেম্মী। য়োল্লি। বাজিস্তু ময়ামগা অহুম থকমিন্নে। ইমানা ইপল তোমালগী মীচঙ চংহুনা অঙাম্বা মতমদা থংনৈ। ঐবু গঙ্গা থকপা ভম্বীয়ু অহুগা গঙ্গা য়োন্দুনা চংহল্ল হায়না ইনানা বাজিদা হায়। ইমাবু ফুই। মপামদা চংলো হায়হুনা তত্তনা ভাল্লি অহুবু ইমা চংখিদে। কুইরবগী রানি। হৌজিক্কি ইমা, বাজি ইপল তোমাল লোইনা শিগ্রে। ইমাগা বজিগগী শোরাহু তা মোহোল্লা শোনখি। বাজিগী ইংখোল শকক তংখায় অমহু—ভামোহেন্দা পীখি। অহানবদা ত'মোহেন প.ক য়াখিদবনি। মচীন্দা লোয়োই ফনা হায়খি। অহুবু থংন থংননা কম্ম অনীরক তাখিবহুদদি অহুম যাখরে। ১খোয়গী ওইখরে।

'ফায়ববু কুইরমখিবোই।' ঐগী মুপী ইবেম্মলনা খুম্বা তাই। মখেল ইতপ তপ্পা। তানবা তপ্পা ভাঙবা খুংভাঙনি।

'কুইবা কুইদবা মসিবু অঙাং খোঙহামকমলো?'

'হেক শেংলগা লে ইরে। রেনখা ওইবহুদ মরাইনা শেংজনি হায়হুনা অঙাংশিং অসিনা তৌরুবা ওইরিনি।' খোলহু হন্দক্কি থরা য়াংলপ তৌখি।

'নখোয়গীদি রেনখা ওইরবসু ঐখোয়গীদি শুমাংনিনে ইবেম্মা। মুভিগী হায়নবসিবু ভমদেমি। ভ্রহাক্কা ভাম্নরে মীদি ভিল্লরনি।'

'অহ্নু চেকপাল্লা করিনোমা থারদি কদৌনি।'

কল্লম্বা মীৎকুপ্তুগীনো ইবেম্মলনা চেকপল থাবগী ম্মকম হৌ-দোকখিবা ঐহাক ভাব তাদে। ইতেমা নোন্নিবালানা করি খল্লমগনি? হকচাংগা ঙমদবগা ইবেম্মলদা চৈকবগী মহন্তা তুমিন্না লৈরে। তৌবদি মখাবুদি ইশাং শাংথনবিদরে। অহুম্মক লোই-শিন্নখরে।

মুংথিল তাল্লক্কা কদায়দগীনো ইতৈম্মা নোনিবালাহু ইনাক্কা চঙলকই। ঐ নাই হায়বা কনানবু তম্বনো খঙবে। থোঙজিন্দগী ঙাঙ ঙাঙহুনা চঙলকই।

'তোম্বা, নঙবু কয়াম কল্লা নাববগে? হিদাক্কা অমত্তা চাত্রবরা?'

'ইতৈমা, গুলি অমত্তং লৈহল্লসিল্লা তৌবনি অহুবু মল্লাইনা কজরনিদা। চুম্নগী ল'ইহৌনি।'

'অহুবু ঙসাই অগৃল্লা হায়বা য়াত্রাও? নখোয় তাদদা ডাক্তর অমত্তং কৌহল্লম্বা যাবনি।'

'অহুক কনবা নত্তবহুদা তৌবনি।'

'সে লুপা তল্লা অসিন। হিদাক অমা অঙাংশিংদা লৈহল্লচো।' ইতৈমানা লুপা তল্লা চংপীহু মোন ময়াদা থমলকই। ঙহাক্কং লৈরগা মখা অমুক তারকই।

'ইবেম্মলনা ঙসাই চেকপল থাবগী ল্লাহু নহাক তারম্মগনি।' ঐহাক খুগদে। অহুবু পাউখুম ঙাইদনা মখা তাল্লকই— 'চুম্মা অম্মাংবা লৌথোকউ হায়বতনি। চেকপলবু খাগে হায়ল্লবদি নহাম্মা খাবা য়াইনা। মীগী মমাঙদা মহুবু কজববনে? নঙ তাদা তারম্মবদি ল্লা থোকলমগদবনি। নহাকস্নু মাবু থল্লা ল্লাল্লকউ।'

'কনি ইতৈমা' ঐনা তপ্পা খুম্মি।

ইতৈমা খোকখি। খর মচা অমত্তং হোন্দোক্কই। মথা য়াম্না তারক্কখহ্নদা। অদুবু খোঙজিন য়ৌরগা তনহন হজিন্নরকুনা অমুক হায়রে—

বা অমগা হায়গে তোম্বা, নহাক য়ু, গঙ্গা য়োনবা তোক্কবা য়াত্রবনি। ঐগী অমদি নঙ তাদগী মায় য়ে উ। ঐনা লৈকাইসিগী নেশা হন্দগী সেক্রেটরি ওইরগা ঐগী ইমুং মমুংমক্তদা গঙ্গা য়ু য়োল্লি হায়বসি মীগী মমাঙদা হায়হনগন্নুকো।'

মথা তারমদে। পাউথুমসু ঙাইরমদে। অদুম খোকখরে। অকোনবগী খোল্লে অদুদি খরসু তেপ্লগুন তৌখি। ইতোমতা ফমুংদা খলহোই— অনাবা হংবা লাকলমলিবরা হৌজিকীদুবু?

অহীংসু ফনা থেঙলমলগনি। তুম্বা ইয়া য়াদে। অমুক্তংবু তুমগ্রবদি হায়না খল্লি। মপান্দা নোংনা অরেপ্পা লৈতনা চুরি। য়ুমগী য়াঙলেন্দগী নোংনা তপ তপ লময়াইদা তারি। চহী কয়া শিল্লক্রবা ইনাশিংদু ইপং পংলে। ঐখোয় বাজিনা হিংলিঙে মতমদগী শিল্লক্রবনি। লময়াইদা বোরা শেগায়বা থরা থাবহুসু পংলহনা পুমংম্লগনি। মুশি মুশিরবা বোদোনগী মঙালদা পিক-লিবা অঙাং অনীগা লোয়ননা ইবেন্মলনা অশিবগুম্না তুম্লিবহ উরকই। খল্লকই কবম্বা নঙ অমা নহাক মঙলমগদগে? ঐহাক খঙদে। অদুবু মচা অনীদু কোল্লহনা নহাক তুম্লি। ঐগী নাকন্দা হিপ্লিবা ইচান্নুপা অহলদুসু নুঙাইনা তুম্লি। মরাল লৈজদ্রবা ম্যায়থোং অদুদা ঐহাক মুম্না য়েংই। করম্বা মরায়রবক অমা পুরহনা ইমুংসিদা মখোয়না পোকলরিব? তামোহেনগী মচাশিংদগী তোঙানবা মরাইবক অমা পুরহনা অমদি নহানমুক্তা মপোক্তা করম্বা পাপ অমা তৌরক্কনা মখোয়বু ইমুংসিদা থারকলিবা? অমুকসু খল্লকই তোঙান তোঙাম্না হিংলিবা পুন্সি মহিং। মীচং মীথায়

নাইবা ঈশ্বরগী চাংরেবা দব অমা  অমত্তুসু শম্নদবা পল্লেপক্কম খঙদবা রাক্সল কয়ামা।

নোংঙাল্লমদাইদদি থাবল থোরক্লে। নোং হাংখিত্নুনা পানখৎ-লকপগী ময়েক শেংলবা থাবলগী মঙালনা ফক্লাং অহোংবদা চঙলকই। তপ্না হৌগৎলগা মপান্দা থোরক্লে। থাবলগী কজ্জববু ঐহাক নোংমত্তা থল্লুদে। অতুবু ঙসিদি ঐনা থাবু য়েংই। মুঙুক মুঙুক মুনা থাবলগী মঙালদা মমাংগী হিঙ্গোলদা গেপলিবা উ রা শিংবুস্থ। থাবল্লেগী জাতিকুপ্পীগী মনম ফাওরকই। তামোহেনগী শুমাংদগীনি। গম্না অম'দ লৈ পাম্বী কয়ানা য়োমশিল্লবা চাউরবা মথোল অহুমগী তামোহেনগী চেককী য়ুমহুস্থ থা লগী মঙান্দা তুমিন্না লেপ্লি। মচু কয়াগী ইলেক্ট্রিক মঙালনা থোঙনাওদগী ফাও-দোরক্লি। মথোয় মুঙাইনা তৃমলমগনি ইবেঙ্কলগুম্না ইচাশিংগুম্না। মখোয়সু নঙ মঙলমগনি। স্নাগী কৈরাক্তা ক তুনা করম্বা স্বর্গগী লৈকোলদা শাম্নরমগদগে ঐহাক খঙদে।

*

ইপল তোমালনা তামোহেন মতোমতমক পোকল ম্ম। ঐগী ইগী নল্লবা য়ুমসিগী য়েনখাংগী পাক্লবা শুমাং লৈখ্রি। মতুস্থ মস্ত্র তৌই। ঐখোয়বোম থংবতু নত্তনা মাইকৈ অহুমংদি চেক-পলনা ইকোয় কোয়শিল্লি। অচৌবা মমাঙশঙ্গোই অহুদা অয়ুক্কগী তিল্লবা মীয়ামশিংগী কমকম কযা লৈরি। তামোহেন এস. ডিসি-সিনি। ঐবু লুনা তৌবগী মতৌদি অতুম মউংলি। তৌবদি ইপল তোমালনী হাক্তক্কগী ইমুং-মমুং ওইবগী মতৌদি অহুম লৈরি। ইপল তোমাল লৈরবদদি য়েনশাং অহাংবা ওমহুং থোংবদা ঐখোয় বাজি চানবা হেক হেক লাল্লকই। মনাঙদা মনাঙ-দৌনা লুনা তৌই। থাঙ্গেশংবদি মপা মপা পোকনিম্নবা মাচল মনাওনি। তামোহেনগা ঐগদি অতুক শাগে হায়বহু তারবনি।

কদাইদগীদমা মকম খংদবা লংলা অমনা ঙসিকাওবা পুন্দুনা থমলক্লি। থোং মায়ক্রবা পুন্সিসিদা পুন্নিবা লাঙ্জা অসিনা করম্বনো? ঐহাক থগদে। অদুবু ঙসি মহাক অসিনা ইরোই লোইবা তুম্মিং হায়বদু ওইরক্রা?

নহান তুমিদ্রাংদনি। ইখঙ থংহৌদনা নেশাবন্দগা পুলিস-কনা ঐবু ফাখিবদু। ইতেমা নোনিবালাদি য়াওরক্তে। অহাক চুমথুনা ঐহাক বিটতা লৈখি। নোংডাম্নগা তামোহেন্না মী থায়ক্লগা লোৎথোক্লে। ঐহাক্না লাকপদা ওফিসকা অমত্তা কাবমদে। ঐবু উবদা শাউনা হায়রকই—

'নহাক য়ু গঙ্গা থোনবসি তোক্লবোইদরা?' ঐহাক মহৌ-শাগুম্না খুমদে। তুমিন্না লৈ। মথা তারকই— 'অম্নমক য়ু যোনগদবা লৈরদি ঐন্না নংনা অনা যুম হোৎনরসি। ঐনা হায়রি-সিনি মুন্না থল্লু। ঐগী ইজ্জৎ অমত্তা য়েংলবোই থল্লদি ইবানি যুমলোয়দবনা ফরে।'

যুম্নোম্নবগী ইজ্জৎ য়েংবা? যুম্নোম্নবা তাদগী? ঐগী ইমুং মন্নুং থাকপদদি কনানা য়াওই। যুম হোংবা? ঐবু তানবগী কনাগী তংকার লৈবগে? ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা ইথেল অসি ঐনা য়ু যোনবগী অমদি যুম্নোম্নবা তাদগী ইজ্জৎ য়েংবগী থাদোকক্রা? ইখঙ থংহৌদনা শাউনিংলকখি অবু থম্মোই অসি ফাথবা য়াবা মখৈ ফাথরগা তপ্না হায়—

'তাদা, ঐসু শিনকম অসিনা ইমুং মন্নুং হিংলিবনি।'

'অদুবু য়ু য়োনবা নত্তবা অতোপ্পা কারবার অমদি তৌবা য়াইদ্রা?'

'করি কাখারনো ঐনা তৌদৌরিবা? ঐগীবু করি লৈরিবগে? কনা লৈরিগে?' খিংবা ঙমদনা হায়দোকখিরম্মি। তাঁবে'হেন্দু থরা ঈংথবগুম তৌই।

ঐথোক যুম্নোম্নবা'গীদ

'চুপ্নি, ঐনা নঙগীদমক করিসু তৌবিবা ওমদে। ইমুং মনুংগী খরচ য়াম চংলি। ঐসু তলবনা কোন্নবা ওমদে। অহুবু নঙনা কারবার অমা তৌগে হায়রদি ঐসু তেংবাংগে।'

করি করিনো মথা য়াম তারম্মি। ঙাঙনখৈ ঙাঙলম্নগা চংখরে। পল্লেপকম খঙদনা ঐবু থনম্মি। খঙলকই ইবেম্মাগী খোঙজিন্দা লেপ্লুনা তারম্মি হায়বা। বা অমত্তা ঙাঙনদনা কমুংদা চঙলগা হিগই। মওল মওল থল্লি। মরী লৈনদবা শম্নদবা কয়া।

'পান চুকানদা করিনোমা কোম্হোংসিদা ফম্নসিরা? ঐগী মুপানি। ইবেম্মাগ।

'কোম্হোংদা পান চুকান ফংলগা কয়াম শিংকনি?'

'অতু মু য়োনবগী কারবার অসিংদি ইয়া য়ারম্বোই। নঙ মুপানি। নঙনা থোকপা অমদি শীন্নোদনা?'

করিনো ঐনা তৌগদবা? চহী কয়াসি তৌরকলবা শিনফম অসি নত্তবা অমা তৌবগী রাখল লৈবক্তে। মসিনা ইচা অহল অসি লাইরিক তমহনবতা নত্তনা ইমুং পুন্সা জিবিকা ওইরি। কুইনা খন্নুরবা তুংদা ঐনা তপ্না ইবেম্মাগদা হায়রকি—

'ইংখোল অসি য়োম্হোকসনসি।'

'করিগী?'

'চুকান মচা অমত্তং ফম্নবা— অদুগা ঐনা হামগী শিনফমসি অহুম চংথবা।'

'কদারদা?'

'চুরেল মপান্দা। ইখোল অসি তাম্নোহেন্না মরাইনা লৌজ-খিনি।' চুলক্তি ইবেম্মাগী তুমিন্না লৈখরে। মহাক করি খল্লিবা ঐহাক খঙদে। ইথঙ খঙহৌদনা অচীকপনু খুগাইদুনা ইবেম্মালনা হায়রকই—

'অহল লমল্লা থলম্বা ইংখোল অসিমক্তি য়োনজমলি অহূপী মহুত্তা বক্কান থম্বনা করোইজ্রা ?'

'মহুনা ফগদরা ?'

'উম, মহুনা ফগদবা মাল্লি।'

*

থঙহৌদনা থম্মোই অসি নৌথরকই। পি মন্নিক অমনীদং তাখিবগুম তৌই। ময়েক শেংলবা পা থরানমিচাক তুমিন্না অতিযাদা অতুম লৈ'ব। মন্নব ইগী যুমহুদা মুন্না য়েংই। মসিগী য়ুম অসিদনি চহী কয়া হিংলকলিবা। অরাবা কয়া মরক্তা নোংমা ফাংদাকপু থম্মোই মকা লাম্মা নেকখি। লোইনাইজ্রবা পুন্সিগী রাদী কযা যুংসিনা লৈহৌরবনি। কযাম কুইনা শুমাং মতোন অসিদা লেপ্পুনা লৈকবা থঙহৌদরে। নো পোক চীংয়াদা য়েংথং-লুবনা ও ড্রানবা মচু থরা থরা ফাওরক্লে।

*

নপুল তুবেলগী ঈশিং ইচ ওনা চহী অহুমলোনসি খুদোংখিনা নোংজুথা থুদিংগী লেনখি। হন্দকপু নুমিৎ মঙা তককিনি ইমুংদা ফুট অনী অহুম ঈশিং চঙখিবহু। ইমুংদা লৈবা য়াদহুনা সঙক মত্তাই ফাওবা খাজিন্নগা কাংথোন লোংখৎনরগা থাংখি। অঙাং-শিং ইতৈমা নোনিবাল হোইদা থৈনবা হাযবদা ইবেক্কলনা য়াথিদে। অহানবা চহীতুদি ইতৈমা নোংবলাহ্ লাকখি। মতুং তাবদি লাকখিদরে। ঐখোয়নসু নোংমক্ত চংলুদে। মীনা হায়নবা তাই— ঐখোয়গী ইগী অমনবা য়ুমহু অতুম লৈরি। অতুবু ইখোল অকোয়বদি চেকপল থরা থরা থাজিনথ্রে। মখোয়গী চেকপলগা শন্ননা।

নোংমা থঙলেপ লেপখিবগা নপুল তুরেলসু ময়েং থঙতা তাখি। থজিক্তং থর হেংদোক্লে। নুমিৎ থরনিহুদা তুক্কম চ ফম

খুঙবিদবত্মুগা অতাংশিং মশা ইন্তম ওমজনা উই। ইবেম্মালহ্ মশাহ্ ইচোক চোকথে। অহুবু হান্নগীগুম্না হোটেল কম্মি। চুরুট বিড়ি য়োক্লি। অহুগা মুম্মিদাং মুমিদাং ঐনা য়ু য়োক্লি। মসিনি চহী অহুমোমসিগী কারবার। পুন্সি।

ওসিদি মুংশানা মাক্লা শাথরে। ফয়েংদগী য়ু খরা লোকখগা। হন্নকপনি। হকচাংমু হুমাং পুন্নুপ লুপ্লে। অমুক্তগী চংপানে পোংহাপ খন্নাগা কৈয়েংদগী থকচিন্নকপনে পুমচোক গোকথে। য়ুম হেক য়ৌবগা মন্নবা একাগাড়িদগী কুমথরগা উরে ইবেম্মালহ্ জ্ঞান মাওনা লৈরি। ঐনা তন্না হংডি —

'কৈদৌরে, চাকা অমত্তা লে ইত্রিবরা?'

'ওসাই পুলিস মন্নাম অমা লাক্লম্মি।'

'করিগী? করি হায়রন্নিবা?'

'য়ুম অসি মুমিৎ নীনীগী মমুংদা শীথৌ নত্রবদি ডোজবনা থুদেক্কনি হায়রম্মি।'

মথা তারমদনা থংনবা খুরা চাউবগীদা চংলে। খুরা চাউবদি মুংথং অমগা মমুং থংবা কাহ্ খরা খরা শীথবা হৌরম্লে। পাওহ্ ইংই খুরা চাউবদা। মমাইদগী হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই—

'ইবুঙো তৌরিসিনি। মখোয়না থুদেক্কদি পোংশিংসি অমত্তা লৌ য়াররোই হায়হুনা উপাক শংপা হোংনরিবসিনি।'

'করিগীনি হায়গে?'

'ঐখোয় লৈবদগী তুরেল ফুল্লে, ঈশিং চাংরেয়ে। অহুগা মখোয়না হায়বু ইম্ফাল সহরগু মশক খিরেয়ে ঐখোয় লৈবদা।'

মথা হংলুদরে। হৌজিক্কি করিবু অমুক হংলুখিনি। অথাম্বদা উরকই— চাউর চাউরবা মন্নাংগী হুকান অচৌবশিংহ্। চুপী, ঐখোয়গা য়ুম্নোম্নবদা মন্নাংগী হুকান অচৌবশিংহ্ মশক খিইরে।

ইস্কাল সহৎ মশক থিহল্লে। যুম অসি হোংদোকনবনা ফরে। ঐখোয়না কদাইদনোয়া।

'অদুদি কমদৌবা ?' ইবেম্মালদা ঐনা ভাবমেন তাদনা হংই।

'কৈদৌনি শিদোকপা তাবেদনা।'

'শিববুদি শিরনি। ঐখোয তমুক কদাইদা চৎকদগে ?'

'কনানা খঙনি।'

পাউথুম হায়ববু অসিনি। ঐঙোন্দা হংলবস্থু ঐস্থু অস্তুম্মা খুমগনি। অদুবু মসিনদি ৎইবা যাবা নত্তে। ৎসি নীনীসিগী মন্তুংদা লৈখাই অমদি তাবা ঙাই। ত মোহেন্দ্ৰ নীংশিংলকই। অদুগা অমনবা ইগী যুমদুস্থু। তমুক যুমদুদা চৎলদবা ? মখোয়গী লুপা লিশীং তবাদু অমুক নীংশিংলকই। করিমত্তা শিংগৎখিদ্রবা। ঐখোয়গী যুমদো থাদোকলমদাইদা তুবেল খোংবান্দা অনৌবা যুম্বান অমগীদমক লৌকবা শেলফম। শেন্দোই লৌগে হায়বক্কদ্রা ? ভাব তাদে।

'তা মোহেন্নদি খুদোংচাদ্রকান্দা হেক লাকউদি হাযখিবনি অদুবু নঙ করি খল্লি।' ঐনা অমুক ইবেম্মালদা হংলুই।

'অদুদি ফজদে হাযদুনা পঙহায হাযবা ওইবগস্থু যাই। খুত্তা লুপা খবা লৈবিবসিনদি ইংখোলদু হন্দে কপা ওইবোই। অদুগী শরুক পুরা যোম্থোক্লবদি ?'

'পুবা যোম্থোকপা ?'

'উম, কবিদি উপায় লৈ।'

গিলাস শোথোকলগা পিক থম্মা যুদু হৈজিল্লি। মীৎ উই-শিল্লগা অমুক্কুংদা কুৎ থকচিল্লি। হাংলবা চাকখাও অদুদা ফোং ফোং শারকই। অমুকস্থু হৈ। অদুগা খল্লি। ইংখোল অদু কয়াম শিংকনি। লুপা লিশীং তবাগা চহী অদুমগী শেন্দোয়গা থাযদোকপ্রগা কযাম লেমহৌগনি ? মদুনা ইংখোল অমা লৈবা

কোম্নখিগন্ত্রা? অমুক য়ুমহু থক্‌চিল্লি। হন্দক্তি থাদৈশংনা কোক অসি কম্ন হাইরকপগুম তৌই। তামোহেনগী ঃখোল অহুমগী য়ুমহু মীংতা উরকই। অহুগা ঐখোয়গী তুবোই ঙাম্লোইরবা অপীকপা ইগী য়ুমহুস্থ।

'উপায় লৈতে। তামোহেম্না য়াম্রবস্থ য়ুমহুদি থাদোকপা তাই।' ঐনা লৈয়েং অসি ফাইনা ফাইনা হায়রুই। 'তামোহেন মুংশিগ্রবা ইয়াম্বনি। মানস্থ ঐবু মুংশিরম্লোইদ্রনে? মানা ঐখোয়গা য়ুম্লোম্নবা অসে ইপাম পামলম্লোইদ্রনে?'

'করিনো অঙাওবদোঁ-া শোল্লিবদ্রবু?'

'নত্তে, ইগী অমনবা য়ুমহু থুদেকথিবনা ফরে। মহুনা মাগী দলানহু মশক য়াম থিহল্লি। ইংখোলহু তা মোহেন্দা হায়জবগা য়োম্থোকঅসিকো।'

'হায়জদ্রবস্থ হবাও হবাও মবাই লৌজখিনি।'

'উম, চেকপলস্থ খরা খরা থাম্বে হায়বদাই?'

অহুদগী ঐহাক অহুম থোরক্লে। য়াক্লা শাবা মুংশাদা। তুবোই ঙাম্লোইননা। ঐখোয়গী য়ুমলোম্নগা তামোহেনখোয়দা। চৎনা চৎনা অমুক অমুক খল্লকই— কদ ইদা কনাগ। অমুক য়ুম্লোম্নগদৌরিবা।

# খুঙ্গংগী ঙঁশৈ

তোমালনা ইখঙ খঙহৌদনা শিখিবদা খোইতুমদা মফম মবাং খঙদবা রাখল তম। ইফ, ও ফাওই। মপৃক্লীংতু ইশোন শোন্থবগুম তৌই। খুঙ্গং অসিদা খ্বাইদগী অহল হাযবতু মখোয় অনীতা মঙাইরম্বনি। অহল ৬ইবগী হিদাক ঙান্থক অমত্তং থকমিন্নহুনা পুন্সিগী অৱা নুংঙাই ৱাবী কয়া শামিন্নরম্বা তোমালন। লৈখিদবদা মতোমদা তরক তবক হিংহৌবগুম খল্লকই। য়াম্নমক নাইতোম তাম্নকই। অহূগা অমুকসু তোমালবু মরাইবক কৈ খল্লকই। মচাশিংগী তৌজরিবা সেথা শোরাতকী লাওলিবা পোৎলমশিংতু উরগা মহাক্না নহাল অমুক্কী মপোক্তা নত্রগা হিং লৈঙৈদা তৌজ-রকপতুগী মহৈ চাজরবনি খল্লকই।

অশেংবমকসু শোরাতকী পোৎলমতু চাউনা লাঙখরে। অরাং-ফমদা পৈন্নিবা পলাগী ফি ময়ামতু য়ামখরে। মাম্দোপ অকোয়বদা

ফম্লিবা ভাবোক খুদিংগী মমাংদা খুদৈ অমম্নগা লুপা মঙা মঙাগম্নু কংজি। শৈঙ্গা অতুম্নু কোল লিক ফমুং কাংগোন ফজনা হাপ্পি। মচু য়াম্না তাই। মচাম্নুপা অনীতুনা লৈখিদ্রবা মপাতুগীদমক শীল্লিবতুদা খোইতুমম্নু মপুক্লীং নুংশিনকই। ১চাগা মমৌগবু মমীত্তা উরকই।

*

মাগী মমৌ থাবল্লে শৌ শৌ লাউবী নুপী নত্রবম্নু নোংমা ফাদোক মাগী মচ নুপ ইবোহলগা চীন্দা পাওদনৈ। অতুবু খোইতুম তুমিন্না তাবা নত্তনা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে। অহল অমা ওইবগী অচুম অৱানগী ৱিচার তৌবগী মতমতু হৌজিক্কালগী নহারোলদদি দরকার লৈতরে হায়না খল্লি। উশিন্নদবা তাশিন্নদবগী মতমতু য়ৌরবনি খন্দুনা মচাগী নত্রগা মমৌগী মফমদা মহাক্কী মত থক ফোঙদোক্তে।

চহী খরসিদা ইবোহলগী শাজৎতা অহোংবা অমা লাক্লিবতু খোইতুমম্নু থংই। মযুক্তগী মফি শেৎতুনা থোকখ্রগা নুংথিল তাল্লক্তা হল্লক্কনি। অতুগা চাক খবা চানগা নুমিদাং অথেংবদা হল্লক্কনি। করিগুম্বদনা অমূক নুংথিল চুপ্পা অমা হল্লক্তবম্নু য়াওই। থাবল্লে করিম্নু হায়দে। মানা তৌগদবা থবকশিং তুমিন্না অতুম্মক তৌই। অয়ুক অতুমদি মফি শেৎলিন মপুবোইবদা হায়রকই— 'নোংজুথা য়ৌরক্লে। নোংচুরবদি লৈবাকসিংসে অবেম্বদা মাঙখ্রনি।'

'অদো ঐবু কৈদৌ হায়বিনো?'

'কৈদৌ হায়বনু, চফু থরদদি শাদোকপিয়ু।'

'নঙনা থরা শারেদনা অতুমঙাই।'

'ঐনা শাবনবু কয় ম শাগদগে?' ইতপ তপ্পা থাবল্লে অতুম খুমই। অমুক মথা তাৱকই -

ইমুং ময়ুং মকুপ মতাই হোৎনগদ্রা অঙাংগুবীবু হোৎনগদ্রা ঐগী মতম লৈরিব্রনে? অছুবু মতম ঙহাক কংবদা ঐস্থু ইথস্তা শারিবসিনি।'

'চষু, উয়ান, থরুংবু হৌজিক মতমদবু কনানবু লৈনরিবগে? চহী অমগী মলুংদা নোংমা ফাদোক অমা অনী শিংপা নত্তনা কয়াম শিংপগে? সিলভরগী শেঙেংগী ষ্টিলগী নত্তনা লবাইদস্থু ইম্ফালদস্থু চাকথুমদবু লৈবাক্কী চফু শীজিন্নরিব্রা?'

থাবল্লৈ ঙহাক তুমিন লৈ। করি থুমসিগে খনবগুম তৌই। ঙৈহাক লৈরগা মথা তারকই—

'অদো নহাক্তি গল্লা শাবদি হৈদনা। গল্লাদি থরা মশিংলি।'

'গল্লাস্থু অছুমঙাই। বিলামাতিগী, প্লাসতিককী কায়রোই-দবা ফজ-ফজরবা ঙাক্তা ইম্ফালদা য়োল্লবনি।' ইবোহল তুবং তুবং খুম্মকই।

'মসি ঐখোয়গী শিনফমনি। শিনফমসিগীদমক ঐখোয় হিংলিবনি।'

'অছুননি ঐখোয়না মী ওইদ্রিবা। কাল্লদে থাবল্লৈ, ইম্ফালদা নোবোগা মী উন্নবা চংকদবনি।'

পাউখুমগা ঙাইরমদে। মাঙ্গোলগী উখোংদা য়াল্লিবা মিংশেল-ছুদা য়েংলগা ফুরিংখাউদগী শমচেং অমনা মশম অছু তুংমাং য়েংনা হাৎলগা কোম্থোংলোমদা থোকখি। থাবল্লৈ ঙহাক তৌফম খঙদনা চংথ্রিবছুদা মুম্না য়েংহৌই। মানা ব়ানা হোঞ্জরুবা লৈবাকশিং শুমাং মতোন্দা মচি ইরেঙ লেঙদনা লৈরিবছু উরকই। শঙ্গোই মচীদা চঙলকতুনা ঙেক ফমথরকই। অদুগা ফুশা উপাক অছু কম্না উংঙকই। অথিৎপা লৈবাকশিংছুনা হৈ শিংনা চফু শারকই।

পুম্নমকশি খোইছুম তাই। উগু উই। মগৌগী অকোনবগী ব়াহৈশিংছুদা করিনোমা মথম্মোইদা ফাওবগুম তৌই। মাগী মপা

মপু মবুদ্ধো অমুম্না পারোল পুরোল পুম্বা খুৎথাং মাইনা চক্লু শারক্লি। মশামকম্নু। শিনফম অসিগা মাগী পুন্সিগা কদায়দনো থাপত্তোক্লবা য়াত্রবা মরি অমা লৈবগুম খল্লি। ফুনোই উপাক, অতুগা ফুশ। উপাক অসিদা মখোয়গী থবাই অমা লৈরিবগুম খঙ্গে। শিনফম অসিনা পুন্সিনি। অদুবু ইবোহলনা মস্মুম্না করিগী খনবা ঙমদ্রিবা? মাগী ঈ তোংদা শিনফম অসিগী ঈ মরিকশিং চেল্লি হাযবা খঙবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? অদুবু খোইহুম তুমিন্না য়েংবা তাবা নত্তনা বা অমত্তমু মচীন্দগী কাংলকখিদরে। অমুকপু মচান্নুপানা হাযথ্রিবশিংদুদ — অচুম্বমু যাংদেব নত্তে খল্লকই। মচা অমসুং মমৌগী মরক্তা অচুম তবান মহাক লেপ্পবা থৌনা লৈত্রব-গুম তৌরকই।

'শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ কৃষ্ণ প্রীতি -' খোইহুম জ্ঞান খংতা তাবকই। ফম্নম্নদগী হৌগৎলকই। মখুৎ লোন্নবকই। '—আনন্দে হরিবোল কলিহর প্রভু নিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত শ্রীবাস গদাধর প্রিয় ভক্তগন। কহত সন্ত সাধ মধুব বসবানি হরিবোল।'

মনম মুংশিন্নবা ধুপ থাউমৈগী মবক্ত বাগ সঞ্চায হৌবকই। মোইবুং খোংলকই। খোইহুম তেমালবু পৌহৌনা নীংশি লকই। মমীত্তা পি মরিক অমা অনী শিন্থবকই। ফিজিনা তৈথোকই।

*

চহী মরি মঙাগী মমাঙদনি।

হিদাক ঙাম্বক অদু অহুম মবিবক শুবে পেন্থ্রিবা। তোমালগা খোইহুমদগনি অয়ুক চাকচা মতুংদগী ফমেনদা ফমহুনা বারী শারক্লিবা। অয়ুক চাকচা মাঙনা খোইহুমনা শারদ্বা চক্লু খরমু অবাং থংবা শুমাং মচীদা মুংশ দা ফৌহুনা থল্লি। খুঙ্গং অসিগী

অৱাং অপা কয়া মৈনৱক্লিবা পুং অনীরোমবু কান্নমলগনি। মতাংমদা তোমালনা খোইহুমদা হায়রকই—

'মকদ্দমা তৌগদবনি। খুজ্ঞং অপুম্বনা পৈশা খায়নৱগা মকদ্দমা তৌগদবনি।'

'মকদ্দমা তৌবগী ৱাকমদো প্রধান্দা ঐনা হায়রেদনা। মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লগবু হ'য় শান্নিনে—খুরানা চৈরাপ কাবা ঙমগত্রা—শেঙ্গাও পায়বশিংহুগা লম্বা তৌবা ঙমগত্রা?'

'মহাক নত্রনে পাং অসিদা কনামত্তা খুং থিংজিনবা য়ারোই হায়ৱিবদো? খুঙ্গাগী ওইবা ঙাকোম শেমগনি। অথেনবা মফমদনা লৌফম ওনগনি লাউ খৎবনি।'

'হৌজিক্তি শেমলেদনা? মচীন্দনি মথুং য়াওবা নত্তে।'

'ঐখোয়গুম্বা লৱাইগী অপ ংবশিং অসিদি হিংবদা ৱাগদৌরি। নোংমা য়ুম ইংখোলসি কাও ঐখোযগী নত্তে হায়হুনা তাম্বোকলক-পরা কনানা খঙনি।'

'কান্নদে ঙসি মুমিদাংমক খুলগী মীফম অমা ফমসি।' খোই-হুম্না ৱা লোইশিল্লি।

মুমিদাংহুমক্কদা খুলগী অহল নহা খাক্কনা অয়াম্বা তোমালগী য়ুমদা তিনখি। প্রধান তোম্বা অহুগা মাগী মেম্বর অহুম মরিমু য়াওখি। তোমালনা ইকোই কোইথোকপা তৌদনা প্রধান তোম্বদা হৌদোরকই—

'ইবুংঙো প্রধান, হৌজিক্তি করি তৌবা তারে?'

'খুরা, ঐসু য়াম্না কন্না হোৎনজবনি। অহুবু মায় পাক্কদবা মান্দরে। পাটা অসি ঙবাং নহাম্ভ তাবমু ওইবমদরে। চহী অহুম মরি শুরন্নে।'

তোম্বা উপাই ইরৈ লৈত্রবগী মওংদা খুম্মকই।

'পুন্নমকসি ঐখোয় কনামত্তা খঙহৌত্রবনিনে। অহুগা তোম্বা,

'নঙনা হায়রিসিবু পাঙ, শঙ্গাবুং অনীসিগী মচেং অমফাও ঐখোয়গী য়াওরবরা ?'

তোম্বা মন্নাল য়াঙ্গবগুম তুমিন্না লুকথহুনা লৈ। মতৌহুদা পুন্নমক ভাব তানবে। অহুবু ঙহাক তুমিন লৈরগ। য়াম্না তপ্না মহাক্না হায়রকই—

'লৌরাইদা পোকপা লাইরিকশু হৈতবা ঐ ঙ ন। করি তৌবা ঙমগদগে। করম্বা লোইশঙদা অচৌ অশাংশিংনা প্রধানবু শক খঙবিবা যাওরা? ঐখে য়গী ইরাবু কনানা লৌবিগদগে।'

কদোমদগীনো অমম্বদা শুমাংদা ফম্বা নহা অমনা শাউরপ্না হায়রকই—

'অহুদি প্রধান ওইবা তোকংদনা?'

তোম্বা শাওদে। তপ্না অহুম্মক হাযবকই— 'খুঙ্গংসিদা ঐখোয়না লৌ উরিঙৈ, নোংমগী চাবা তাল্লিঙৈ, ঐখোয় মশেল অরাং অপা তানরিঙৈদা পাক্লবা পাং অসি অচৌ অশাং কয়াগী লম ওল্লয়ে। পাং অসিদা ঐখোযগী হক অমফাও লৈত্রবনি হৌজিক্তি ঐস্থ খঞ্জরম্লিবনি — প্রধান ওইবসি তোক্লগে হাযনা।'

হৌজিক্তি তুমিন লৈনখবে। পূমচিক চিকখবে। তেঙ্গালি কারবা মঙম শান্দ্রবা ল'বটেল অহুগী মডাপদা তুঙ্গক তুঙ্গক যম্নবহু নত্তনা ব্রা মচেং অমত্তা ঙ'ঙনখিদ্রে। খোইহুমস্থ মাঙ্গোলদা ফমহুনা তুমিন্না পূম্নমক তাবি। মনীত্তা উরকই খুনযাদগী চীংখোঙ চীংয়া তম্না শন্দোকখ্রিবা অহুদগী মাইকৈ অমনা পাক্লবা লবুক্না শম্নখ্রিবা চায়বেল পাংপু। লিরি লিরি শিংপা নুংশিংতা পীক্লবা হি মচাশিংনা তপ্না তপ্না হোন্দুনা ঙা ফারিবহু মীংমাঙমক্তদা উরকই। মচু কয়া শঙলবা অযেকপা পাক্লবা লাইগুম্না। য়েংখি য়েংখিবা মাযকৈ খূদিংদা অশংবা চীংশাংশিং, চীং নাপোম ফাওবা শন্দোক্লিবা অশংবা লৌবুকশিং – তাম্না উখ্রিবা খুলশিং তাংজেং,

মুখং, মাখং, মহুগী ময়াইদা মুন্সিদংবাইগী মুন্সিংকি মর্শৈক্না য়েৎনা সন্না মচুনা কুদেংলম্বা পাক্লব চায়রেল পাংকী পাক্লবা ঈপাক। অড়াং ওইহৌরিবেদগী শকখঙনজররকবা মাগী মতম্বাক্তা চাউজররকবা পাং অহু মশীক্তা উরকই।

'নহাক করিগী প্রধান ওইবা তোক্কদগে? নঙনা ওইনিংহূনা ওইখিবা নত্তে। ঐখোয় ময়াম চঙহূনা নঙসু ওইহনখিবনি।' তোমালনা অচিকপহু থুগাইহূনা হায়রকই। মখা তারকই—

'নহাকী নরাল নত্তে। লৌরাইদা পোকউবা ঐখোয়গী ইরালনি। ইম্ফাল সহড়দা অচৌ-অশাংশিংনা চেদা করি তৌরিবগে হায়বসিবু ঐখোয়না খঙফম থোকপরা?'

'মখোয়শিংহু হাংকদবনি। ফুগদবনি।' য়ম্মা শাউনা নহা অমনা লাউরকই।

'মখোয়না খোপ্তুনা উরিবা লৌশিং অসি ফুক্তংসি। ভাকোম শেম্লিবা পেলেলশিং অসি ময়াম চঙহূনা থুগাইসি।' অমনা অমুক তেংবাংশিল্লকই।

অহুদগী মীৎকুপ খরগী মনুংদা ইরাঙ লাঙনরকই। মহৈ মহৈ মোং ফোংদোকনরকই। অমনা ভাঙবা অমনা তানদে। ময়ামহুবু নমহৎহূনা নেংবোনা হায়রকই—

'খুঙ্গাশিংনা রানা শেমজবা লক্ষীসিন্থু— ইঞ্জিন্যারশিংনা মথক্তা লৈঙাংখরা কূপশিল্লগা থিকাদারগা মান্নরগা পৈশা লৌথোকপ্রবনে।'

মৈ অমগী মথক্তা মৈ অমগা অমুক হাপচিল্লকপদা নহারোল খরদি হাংপা তুম্নগী বা ভাক্তন অমুক ইনৌ নৌনা নিল্লকই। নেবোনা হায়বহু মখোয় খুদিং থাজে। খুঙ্গং অসিদা পোকলবসু মহাক মমীৎ মনা শিংবা থিকা মচা মচা তৌবা মীনি হায়বসি খুঙ্গা অপুম্বনা খঙডি। মাগী রাহূনা অমুক। হেন্না শাউহনখি।

খোইহুম নীংশিংলকই— শাৱবা লুংশাদা থুলগী মুগী অঙাং পুম্বা খোক্তুনা সরকারনা হুম্নফাও য়েংবিত্রবা লম্বী অসি থোনখিনা। মুমিং করানি চঙনা অহুদগী ইকুই কুইদনা কদায়দগীনো গাড়িদা লৈঙাং থরা হৈরখি। সরকারনা তেংবাংবনি হায়খি। মবুক লোইবা, ইঞ্জিনিয়ারনি হায়বা অমা লাক্লগা।

থুনগী মিতিং অহু চরাংননা লোইশিনখরে। ভাব ইতা তা-হোদনা ক-মহুনা লৈহৌরিবা হায়ববু তোমালগ খোইহুমদগা মঙাইহৌরে। অহুবু মথোয় অনীমক্কি থমুংদ দি ইংনা চিঙ্কা লৈরম্বা, মানা হিংজরফম্বু মাকং অমত্তা লৈজত্রবা— অহুগুম্বা তাম্নবা খুঙং অসিদা কদায়দগীনো মৈরি অমা লাক্তুনা তপ্না তপ্না চাকশিল্লকপ-শুম্নকই। ঙসাইতমক মকদ্দমাগী মাফম পম্নখিবহুফাওবা নীংশিং-খিদরে।

মথংগী মুমিত্তনি। খোইহুমদু চাক চাবা তোকপগা ফমেন্দা, চহাক্তং পোখ্বদা মঙাইবিউদা কোম্হোংদগী হোবে হোবে চঙ-লকর্লিবা মমৌ থাবৈম্নেনা হায়রি—

‘পাংপান্দা থাংগা তেনগা লোইনহৌবে।’

খোইহুম খরা পাথংলপ তৌই। থল্লম্বমক থোরক্লবহুদদি। মরেংবান্দা খুদৈ অমা য়াম্লগা তফি তফিং পাংলোমদা থোরক্লে। মচা পোকপ হৌরক্লবা ফৌ পাম্বীশিংহু নহারোলশিংনা ফোইদংপ-মাও— মখোঙনা নৈথেকপা য়াও তৌরম্মি। ইশং শংনা, মরিক চুম্না হৌরম্বা ফৌ পাম্বীশিংহু হৌজিক্তি অমত্তা উবা ফংলক্রে। খোইংমগী মপুক্লিংদদি অচৌবা পাপ অমা খুঞাশিংনা লঙজরবনি খঙ্জে। ফৌংছৈবি লাইরেম্বীমু মপুক্কুংদা থুক্লমজে। খঙহৌদনা নহারোলনা হৌরক্লিবা অশাউবগী মৈরি অহুবুদি নমথনবগী মাগী

শক্তি লৈজরে। থনা অমনা ঙাকোমগী পেনেলশিংছু শানথারক্লি। বাংলা থোল্লগা পল্লিশিংছু হৌজিক্তি লৈরে।

ইকুই কুইদনা লৌ নিল্লিবা, পাংচারিবা শেঙ্গাও পাম্বা অচৌ অশংশিং সিকাই কাওনু অমগা থুংলরে খুঙ্গাশিংতুগা বান্নী থক্লা শান্নবতা মঙাইরি— খঙহৌদনা লাউ থোংনরকুনা সিক্কাইশিংছুগা থুং থোকনরকই। মীয়াম মরক্তুদা তোমালগা খোইতুমগনা— থান্নবা হোৎনরুবা অপুম্বা অরেম্বা তারে। কদায়দগীনো খঙহৌ-দনা শাফু কল্লবা লীচৈ অমনা তোমালগী কোক্তা থাখি। জ্ঞান মাঙনা তোমাল লৈমায়দা তুথরকই। খোইতুম লীচৈ অমা পায়তুনা মুশিন মুবা মকোই চোম্বা সিফাই অমা মমাঙদা লেপ্লম্বতু উরকই। অতুগা লায়ংনা হৌরবা নোংমৈ মখোল অনী অত্তুক তারকই। খুঙ্গাশিংতু কায়তুনা চেন্নথ্রিংতু খোইতুম উই। মথন্তুনি তোমালগী মকোক্তু মতনপাক্তা থমতুনা লাইকল্লহৌরিবা। অতুগা সিফাইনা ফাহৌবন্নু মখোয় অনীতনি।

থৌদোক অতুগী মতুংদদি— লৌবুকশিংতুদা ফৌনানা অমুক লেক লেক লাউরকই। পাংকী মচা মচাদা ঙাকোমগী পল্লিশিংতু বাংনা বংনা থোল্লকই। হান্নগুন চায়রেল পাং. খুলশিং, চীংশাং পরেংশিং ইচিক চিকলকই। মুমিদাংবাইগী নোংজাবাগী মচুদা।

*

ইপোহলনা হল্লকপা নতমতু কয়াম থেঙলবা খোইতুম ভাবনা জাকশিনবা ঙমদে। কনা থেংবক্লাওবদি মুমথিন্নরনি। ঙহাক উইরোল উইরোল তৌরুরমারে। থোঙালদা মচাতুপাগা কাইনখিবতু নোংবোনি হায়বা খোইতুম থওডি। থাবরৈনা থোঙ হাংদোকখি। মখোংঙতু হাইরং হাইরং ইমুংলোমদা চঙখিবতু কাংথল মরুমদগী

হাইফেৎ উহৌই। 'সাইতস্থ তুরেল অচৌবসিগী তোর্ব্বা সিদা য়ু থক্লগা নহারোল য়াম্না লাওলম্বনি। মখোয়দুগী মরক্তা মীয়ায় হেল্লবা মখোয় থরস্থ ফি শেস্তবগী ব'ভাং ফ, ও শীজিন্নদুনা য়ু ভাও- দুনা ভাং ভাং চৎখি। খোইদুনা' শনখি— হোংল'ক্লবা খুঙ্গংগী মশককী মরমদা। মখোয়গী যুগ শদু নত্রে হৌজিক্তি।

'চহী খুদিংগী ঈশিং থুম্মী খঙলিবনি। তুরেল অচৌবসিগী লৌনম্বাল সিতদি থ,নবীয়ু য়াদবা। য়ুমসে হন্দক্তি তেকপ্রদবনি।'

ইবোহলনা লৈয়েং হাইফেৎ ফাইনা থাবল্লেদা হায়বদু খোইদুম তাই। চুম্মী, লৌননবাল য়াওদবা তুরেল অচৌবসিদগী পাথরকপা ঈশিংনা চহী খুদিংগী খুল তসে ঈশিং থুল্লিবনি।

'থেঙনা থেঙনা হল্লকলগা য়ুমসি তেকপা ফরদ্রা?' থাবল্লেনা খুমখি।

'কৈয়াম থেংলগে হৌজিকপু। ইতৈমা হুংশিতোম্বী হায়দি চেংকোক শুহৌরি। ইম্ফালদগী হল্লকলগা ঙহাক্তনসে ব্রাঙ্গু লমথায়দা ফম্মুবা।'

'ইম্ফালদনি হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী চংলিবসিনা ইম্ফালগী বাবু শারিবা হায়দুরা?' হন্দক্তি খোন্দু খরা ব্রাংলপ তৌখি।

'ব্রা য়াম ভাঙনগুমসি, থাবল্লে। ঐস্থ থিকা তোগে হায়দুনা নোবোগী মতুং ইন্নবনি। নহাননখে তুরেল মপাল থোম্নবা থবক তান্নবনি। অদুবু চেদু আ মখোয়গী ইজিক্যাটিব হায়বদু য়েৌরকান্দ- দি পৈশা লৈতে করি করিনো য়াম হায়দুনা য়ারক্তে। মতমস্থ মাঙবা পৈশাস্থ তিংবা খোয়দৌ য়াম্না শাউগৎলি।'

'নরলস্থ লৈতনা থিকা তান্নরিবা? কনানা নঙোন্দবু থিক পিরক্কদগে?'

'ঐগী ম্ব' নত্তে। নোবোগদি লোইনা খঙনরিবনি।'

'মহাকস্থু অত্থু মঙাইনে। থিকা তৌবদগী মাবু কয়াম মুংঙাই-খৎলবগে। মানদি মশা নাম্না বাবু শান্থনা ইঙ্কালদা হঙৎ হুন্দা চৎলি। ময়ুমগী মুপী অঙাংদি য়েংহৈদ্রে।'

খোইত্থুম পাৎপানমক্তদা লৈবা নোবোগী মল্লবা ইগী য়ুমত্থু নীংশিংলকই। মফি অমত্তা শেৎতবা মচা অনী অত্থুমত্থু লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈনা ঙসাইতা খোংবান্দা ইশিংহৌই। ইংখোলগী অকোইবত্থুফাওবা শম্বল অমত্তা খাহৌদে। শুমাংগা পাৎকা অত্থুম্মক শম্বখরে।

'কাম্নদে, হয়েংদি বাংঙগী মনিহোইগী লো শঙম অমা লিংগদৌরি। ঐখোয় অনী য়াংগেনি হায়গ্রবনি। লুপা কুন্থ্রা কুন্থ্রাদা।'

থাবল্লৈনা মখা তাখি। ইবোহলত্থু করিমত্তা খুম্মকখিদ্রে। চাক চাবগী মখোলস্থু তাদে। য়ুগী নেশানা পঙথগ্রবরা মহাক খঙদে। মমৌ থাবল্লৈ অমুক মখা তারকই—

'ঐনা হায়জরিবসিনি, নহাক্না থিকাদার শাবনদি য়াররোই। অত্থুগী শরুক নোং তারক্ত্রিভৈদা চফু খরসি শাদোকপীয়ু অত্থুগা রা ২/৩ না য়ুমসিস্থু খরা ঙাকখৎপিয়ু।'

অত্থুদগী ময়েক শেংনা তাবা ফংদনা করি করিনো খরা ঙাঙনখি। ঙানবা হোৎনরুদ্রে। অহল লমনগী মমাংদা মতৈ মনাও বারী ফাওবা শাম্নরমদবা মখোয়গী মতমত্থু নীংশিংলকই। য়াম্না হোংখরে হৌজিক্তি। অহৌং অসি ইচিক চিকশিল্লকই। লম-য়াইদা ঙাল্লম্বা বোদোল অত্থুস্থু মুৎখরে। খোইত্থুমত্থু মমীৎ উই-শিন্দুনা তুম্বা থেমলকই।

*

মুশিং মীনী হুম্নিসি নোংনা অরেপ্পা লৈতনা চুরি। লৌনম্বাল য়াংদবা তুরেল অচৌবদগী পাথরকপা ঈশিংনা চাইরেল পাৎকা

শন্নখিছনা য়ুম কৈ, লম্নী থোং অতুগা লো মপাম্ন থাম্না তৌনুক-শিং ঈশিং থুমথরে। চীংনা ইকোই কোইশিনবা অন্নোম্না পাং অমা ওনথরে। খুঙ্গং অসি হৌজিক্তি চংথোক চংশিন তৌনবা লম্নী অমত্তুম্ন লৈত্রে। হি মচা থরুত্নু নত্তনা। নোংম্ন পাক হেক হাং-গদবগী মওং উদে। লৈফম চাকন লৈশিল্লক্ত্রবা থুগী অঙাংশিংগী-দমক থরা তোঙবা মফমদা প্রধান তোম্বা অংগা মহারোল থরগনা শীন্দুনা মতম থরা লৈফম শেম্নে। লৈফমতনি। চান-থক্কবগী বাফম য়াওদে। চানিংঙাই লৈতহনা চন্না কয়া হেন্নরকই। অকবা ঈশিং লৈতহুনা থকপা ফাওবা ফংনরক্কে। অসিগুম্বা খুঙ্গং অমা লৈরি হায়ম্নুনা অচৌ অশাং কনাম্ন চোংথোরক্কুনা কনবিনবা হোৎনরক্কে। ঈশিং মনুংদা লৈগ্রবা খুঙ্গং অসিগীদমক কনানম্ন অরাবা পোকপিহুনা তেংবাংবীরক্কে।

তুরেল অচৌবগী ঈরৈনা য়েনখাগী দারিদা হেক হেক য়ৈরবত্নু খোইহুম য়েংই। অত্নুগা তপ্পা তপ্পা দারিত্নু থরা থরা নাম্নখি। শা ষনগী অশিবা মশা, কনাগী পৈশিন্দুনা থমজবা শীঙ, মতম চঙনা শাজবা চফু কয়া ঈরৈদা চেন্নরক্লি। পুথগ্রি য়ান্না য়াঙনা ঈচেল কনবা ইরৈত্নুদা। থাবল্লেগা ইবোহলগনা শাজবা চফুশিংত্নুম্ন— ঙরাং অহীং অমত্তা লৈরমদ্রে। তুরেলদা লোয়নক তাউথরম্নে। য়েনখাদা চহী অমগী থানবা চীংদগী চঙ্গরুবা পৈশিন্দুনা থম্বা শীঙ-শিংম্ন অমত্তা লৈতরে। হাঃ হাঃ কাম্ন লাউনরবা খুঙ্গাশিংগী ওইরিবা ফিবম অত্নু খোইহুমনা মীৎমাংদা থম্নগা য়েংবা নত্তনা উপাই করিম্ন লৈতে। থল্লকই ফিবম অসিদা তোমালত্নু কম্নি তৌরমগদগে?

ইবোহলনা হিত্নু মাঙ্গোল দারি তম্না হোক্তিল্লকই। হুলহুদগী লৈম্নকপা চেঙ থরগা হম্নাই থরগত্নু হিদগী লোথোক লোথোক্না থাবল্লেদা হায়রকই।

'য়াম্না য়াম্না চেঙ থবগি ফংলক্লিবনি। চুকান্দা চেঙ, হবাই, তেৱসিং অমত্তা ফংদ্রে।'

'মীশিং অসি শিনবা তারে।'

'শিবা হায়ববু শিনগ্নবনি। অতুগা মুংঙু, নোংমাইখোংদদি খোংহ্লাম্বা লাইনাম্নু শন্দোরকলবনি। অঙাংশিংতু মশা ইঙহনগন্নু।'

'হায়গুমতুনা—য়াইমা অসি মশা শাবুং শাবুং তৌই। তিংঙক তিংঙক মমাগী নাকনদা লেপলিবা চহী অনীতা ঙাইরিবা মশুম্নুপা য়াইমগী মরাইবক্তু খোইতুমম্নু পাখৎপোই করিগুই পায়তুনা য়েং-লকই। হায়গুমতুনা হাইফেৎ শাই। মপুনা পনখত্তুনা ফমুংদা থাঙৎপি। ফৈজুপ ওমশিন্দুনা ফমুংহুদা মতনপাক্তা পমতুনা ফম্মিম্নৈ। লেপ্পা লৈতনা চুরিবা নোং মরক্তুদা মচানা হি হোন্দোকত্রিবতু মুন্না য়েংই। অস্তুম অস্তুম রাংখৎলক্লিবা ঈশিংগী ঈমায়দস্তু।

মুম্নিৎ মঙা তরুক্লিগী মতুংদদি নোং হাংখরে। অতুবু শুংগৎ-লকপা তুরেলগী ঈশিংদি ঈমায় হন্থদে। চিথনিঙাই লৈত্রবা ঈশিং অতুনা খুলতুদি অতুম্মক থুম্লি। ইখঙ খঙহৌদনা প্রধান তোম্বনা খুলগী মী অপুম্বদা সবকাবনা মুংথিলদা অচা অথক অমদি হিদাক লাংথক লেম্না য়েল্লবগনি হ যনা পাউ চেল্লকই। খোইতুমতু মপুরুীং মুংশিবকই। অস্তুক কুইরবগী তুংদা মখোয়বু নীংশিংবীরকপগীদমক।

খোইতুম্না মচা, মমৌ, মশু অনীমক ময়ামগী লৈফম চাফম মনাক্তা থারুই। মীশিং য়াম্নগা খরা হেন্না ফংগনি হাযবগী রাখলদা। মমৌদা হাযরুই খাও অনী অহুম পুখিনবা।

ফনা থেংলে মখোয়না হল্লকপদদি। মুম্নিৎ চীংশাং মকমদা লৈশিনখরে। খোইতুম উরকই— মশুম্নুপা অনীতুনা ময়োম অমমম শায়তুনা লাক্লি। মমৌনা খাউদা করিনো খরমগা য়ানতুনা পুরক্লি।

'করি করিদি শীরকই?' হং হংনা মও অনীহুনা পায়রিবা য়াম্না চেকশিন্না চেনা য়োমলিবহু ফাক্কোক্লুনা য়েংই। তল অনীগা হৱাই থোংবা খরগহুদা মুম্না য়েংলকই।

'অতৈদি?'

'অতৈ হায়ববু—' খাউ অহুদগী অমমম লৌথোক্লুনা থাবক্লৈ-না হায়রকই—'ফিজিগ্রি মতুমসিমা, চিনি প্যাসিমা, অহুগা খোঙ হাম্নগা চাও হ য়হুনা শুলি মরিসিমগা। তেরসিং পাৱাহুমদি হাপ-ফম য়াওদহুনা পুরক্কে।'

'অসিখক্তরা?' অমুকসু খোইহুম্না হংলকই।

'মসিফাওবা থুংনদ্রহুনা লাক্লবফাওবা হোহৌরে। মতৌহুদা য়াম্না চাউবনি হায়বা ফৈজোম শেৎপা ময়াংহুনা নোংমা অমুক পুরক্কে হায়। অহুগনে ঐখোয়না ভোৎ থাদবা মন্ত্রি বিধুসু ঙসি-দংদি মশক উই।'

বিধুগী বাসিদি কাউবু কাউথোক্লুরবনি। ভোৎ হেক কাখিবদগী থুল অসিদা নোংমত্তা লাকখিদ্রবনি। ইম্ফালদা অহুম্মক লৈগ্রবনি। খুঙ্গাশিংনা মা অমা লৈ হায়বফাও নীংশিংনদ্রবনি।

'পুপু, মখোল থোকপা হি অহুম্নি। সিফাইনা থৌরিবা।' মশুনুপা অহলহুনা তলহু চিক্ল চিক্লহুনা হায়রকই। ময়াধনা পাউ তম্বহু মুম্না তারগা মশুনুপা য়াইগাহুসু করি করিনো মানা থোকপা পংঙাংতা ঙাংঙকই। মতৌহুদা পুম্নমক কাউথোক্লুনা খোইহুমশু নোকলকই।

'অঙাং তাখরে— অঙাং তুরলদা তাখরে।' খংলাউ লাউন-রকই। য়ুম্লোম্নবা চাওভল হোইরোমদগীনি। নাকন্দা মশুনুপ অনীমক লেপ্লি হায়বা খোইহুম কাউথোকই। মশুশিংগী মনুংদা

তামা ওইর-গদ্রা মীংকুপ্পুদা থল্লকই। অহুম্বু থংবা মীংকুপতা জ্বাম তাল্লকই। যুম্রোম্লবা চাওভলগী যুম তম্মা ঈশিং মল্লক অহুন্না মখ্বা' য়ৌনিংচিং লাকই।

চাওভলগী মুগী ইবেমপিশকতু মাঙ্গোল দাম্রি মপাঙ্গা ফ্রিং ফ্রিং গোংহুনা কপলম্মি। তুবেলগী অকনবা ঈবৈদা অমুক লুপ অমুক তাউথং চহী অনী অহুমতা ঙাইরিবা অঙাং অহুনা তাউথরিবহু খোইহুম উৎরকই। ঈশিংনা থু য়ৌবিবা তুরেল মপান্দা নহারোল থরনা কোইচেল চেন্দুনা লৌখংনবা লাকনরি।

'চন্দাল অসিনা অঙাংনা পায়জবা তল মচেং অহু মুনগদগী তাম্লবদা তৌরিনিনে।'

কপ্পা কপ্পা ইবেমপিশক্না তিঙক তিঙক লেপ্লিবা চহী মঙারোম শুরবা মচামুপাহুদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়বকই।

খোইহুম ভা'ব তাবে তলহু ময়োম অমত্তমক ফংলকপদা ময়াম্বা অহুনা চামিন্নসি য়াদে হায়হুনা মুনগে তৌবনি। ইমুঙদা চেনশিন্দুনা মনীংথোঙ হাংদোকলুবনি। মনীংথোঙমক্তদা অচৌবা তুবেল অমা চেল্লি হাযবসি তল মচেং অহুগীদমক মহাক খঙখিদ্রে।

মু মংনা অসুম অসুন চীং মকুমদা লৈশিনখিবগা অমম্বনা তাইবংপান অসি কূপশিল্লকই। অমুক ইচিক চিকথরে তাইবংপান অসে। খোইহুমগী নাকোংদদি মচাবু কৌহুনা তেংথা নাওইনা কপ্লিব। ইবেমপিশক্না মীকপ মীবাওখোল অহুনা নিন্দুনা লৈল্লি। মীংমাংমক্তদা মচ হুবু পাক্লবা ঈরৈ কল্লবা তুরেল অহুনা, উনা উনা অসুম পুথখিবহুদা মথবাক্তা মথুং অনীনা ফুহুনা ফ্রিং ফ্রিং চোংহৌবা শক্তম অহুদমক মমীত্তা উৎরকই।

মুমিং মরি মঙানি হৌথরে। ইমুঙ শুগাং অমদি লম্বী চোং চোং লাউবা নত্তনা ঈশিংদি কংথখরে। অতিয়াদা য়াক্লবা মুমিংন

থোরক্লে। মুগুম অশাগী মনমনা হৌজিক্তি খুঙ্গং অপুম্বা শিন পুরক্লে। মপান্না শান্নমনা কৌ পাম্বীশিং হৌজিক্তি লরুক্তা অমত্তম্ব লৈখিল্লে। মন্নাঙ কংথরবা তুরেল অচৌবনা মন্নাল লৈজদবগুম তুপ্লা য়োং হাদনা চেল্লক্লে।

অয়ুক্কুনি খোইহুম্না তোমাল লৈতবগী পাউ তাখিবহু। অচা অথক্ক য়েনবা হুম্নিংতুমক্তদা তোমালম্ব য়াওরম্মি। শীন্দোক শীঙ্খিন তৌহুন্না অরাং অপা য়েংলম্মি। হনখিবদদি মথাই মুঙাইতনা— নীংবা কায়না চংখি হায়বা খোইহুম তায়। হুমিং নীনীখক্কুং মখোঙ হাম্মমই হায়। শিরমদাইদা খোইহুম তোমালবু উন্নহৌদে। নাই হায়বগী পাউ ফাওবা তাহৌদে। খুঙ্গংগী অরা মৈশা অমদি ইমুং মুন্নুংগী অন্না পোৎলুম তারিডৈ অহুক লুনা তিন্নজবা অহল হায়ববু মখোয় অনীতম্ব ঙায়জরবা মীশক অমনা উন্নহৌদনা চংখিহু খোইহুম য়াম্না পেনজখিদ্রে। বান্নী অমত্তম্ব অরোইবা ওইনা লীন্নমদ্রে। করিগুম্বা অমত্তম্ব পুকমেন পাংমেন্নমদ্রে।

*

সংকীর্ত্তন লোইশিন্নকপগী জয়ভাই শকলকই। অহুদগী আবতি কংলকই। খোইহুম মং হাগুম্না হৌগৎলকই। কনাদম্ব করিম্ব হায়রমদনা · মমাঙদা লৈরিবা তল ময়োম, খূদৈ, দক্ষিনানচিংবহু য়োমশিন্নগা তপ্না থোরক্লে। অহুক য়াম্নবা মীয়াম অহু পূমহাঙ হাঙবগুম কনাম্ব উদে। হৌজিক্তমক মংগুম্নকপদোনা লৈখোম লৈনাং তৈরবা খুলগী লম্বীহুদা চংনা চংনা খুঙ্গং অসিগী অরোই অখম নাইত্রবা মকম মন্নাং খঙদবা ঈশৈগী সুর অমা মথম্তা তাহৌনবা মহাকপু তোমালনা থন্নবগুম থন্নকই। ○

## ট্রক গাড়ী থুংলবা

মথনাউ অহুদগী ফনা নীংথিবা ঈশৈগী স্থর অমা খোরক্লনষু মাগী ঈশৈ অহুবু কনানস্থ না ওইনা তাদবগী মওং অমা ইউং মউংনৈ। মীপুম খুদীংনা খওক্তি ঈশৈহুগী মতুংদা তিংখোক্লকদোরিবা মখুং মচাহু। অহুবু অপিকপা টেসন অসিদা অমুক অওনবদগীনি মহাক্না ঈশৈ শক্লিবসি।

অহীং চূপা উন তাখি। অমুক অহুন্ন শাখিনা ঈংখরে। হুংপা মঙাল কংলবদি থন্নহু কাদবনি। অহুবু উন মহী পুন্নবা লৌংলাকৃন্না লৈচিনস্থ থাম্নি। মসিনা অমুকা ঈংবগী চাং হেঙ্গংখমে। নিংথমথাগী ঈংগ্রবা অমুক অসিদা চহী কয়া শূত্রবা মোংলবা পারবা কি অমনবা থন্নহুতংনি মশাদা পক্লিবা হায়রবু। তৌবদি অঙ্গা চহী তন্নানিথোই তন্নাহুমদোইরোম অশাবা অঙ্গংবা পুন্নমক উনশাহুনা হুকথেংনরন্নবনি।

অদুম্না মালতিনা চষী মতাংদুদা মুপীমচা ওইবগী হুকচাংগী মঙাল ইনথংলকলবদফাও অপীকপা ষ্টেসন অসিদা মুঙ মচেৎ ত নী-না তান থারদুনা ঈশৈ শকলক্লি। খোয়থুমনরবা ঈশৈদা কনা-শুরনদি লোম্না তানবস্থু ময়াওই। তুমিন্না তান থাহুন। অদুবু ঈশৈ হেক লোইবগা চৎখিগনি। থৌরা শাদনা। ত য়ূক চুপ্পদুম্না হৌথরে। মখোল অদুস্থু পূমশি শিরবনি য়াকথ্রবা খোল, তাখিনা তৌরকপা, লাউথোংবা অসি নত্তবা ঈশৈগী মুর মতেক অমগীদমক কনানস্থু মীনুংশি উৎলক্কে। মসিস্থু ইনৌ নৌবা নত্তে।

কলকত্তাগী রেলগাড়ী চৎখরে। অপিকপা ষ্টেসন অসিদা মিনিট অনীদগী হেন্না খাম্বিরদে। অদুবু তেনথ্রবা মতম খরদুদা রেলগী থোঙনাও মপা—মপাদা চৎতুনা হায়রুরি 'গরিবলোগকো দয়া করো, ভগবাননে আপকো ভলা করেগা বাবু'। করিস্থু কান্নখিদে। লাও খোংলমলগা তপ্পা তপ্পা থৌখি। অতাম্বদা ম্নাঙনা চৎখি রেলগাড়ীদু। প্লেটফোর্ম অদু ইতাক তাকহৌই। অমুক করম্বা মাইকৈদগী কয়াম থেংনা রেল অমমুক লাকদগে হায়বা মালতি খঙখি। অদুবু ময়ুমদা লৈহৌরিবা অরুম লাইহৌনা নাহৌ-রিবা মপাদু নীংশীংলকই। ময়ুম য়োনিংলকই।

নিংথমথা ওইদুনস্থু মুমিৎতুদি নোংস্থু ফুদিৎ ফুনা চুরম্মি। থুজং অসি লাম্থোক্লগা লৌবুক্তা মাইল অমরোম কাওদুনা লাকপংদা নোংনা পুম্নুপ লুপ্লে। ঈংবনা মশাপুম্বা নীকলম্মি। অদুবু চেনবোই করিওই চৎপদি লেপ্লমদে। অমুক খল্লকই— মপাদুবু কমদৌরম-গদগে? মহাকপু ঙাইরমগনি। চৎলমদাইদা চাদ থক্তবনা ফিবম কায়রবা অনাবা মপানা থাপ্পা চৎখিদনবা হায়হৌই। মহাকমক্তি মাইল মঙা তরুক লাপ্পা শ্রীধাম নবদ্বিপকী ষ্টৈসন তাপ্পা চৎনিং-লম্মনি। মন্দিরশিংদদি য়ামত্রবদা লুপা অনী অহুমলোমদং ওইরবস্থু অয়ুক্কগী মুংথিল কাওবদা ফংগনি। অদুক থাম্লদদি মালতি খোঙ

থাংদোকপা ঙমদে ঙসিদি। মপাগী মনাকশী থাপত্তে,কনিংদে। মমাগুম্বা মপাস্থু মাবু থাদোকতুনা চংখিগত্রা খল্লকই।

চহী অনীগী মমাঙদনি। শরুতা লাইরবা মমাগী অশিবা হকচাংহু ইরৈ কল্লবা গঙ্গাদা থাদখি। ঙসিদি মালতিনা পাল্লবা গঙ্গাগী ঈপাকপু অন্থুক্তি মতিক কিথরে। গঙ্গাবু শেংলবা তুরেলনি হায়বসি মহাক থাজখিদরে। মমামকপু য়োংশিনখিবা গঙ্গাগী ঈশিংবু অশেংবা তীর্থ কয়াগী তুংনক্তম ওইবা ঈশিংনি হায়বসি মহাক্না খনবা ঙমজদে। হুমিংতুমক্কী মুমিদাংবাইরমগী মুমিংকী মশেক্কা ঈথক ইপোমশিংদা য়ৈবদা সনামচুনা ফুদোংলবা গঙ্গাগী ফজরবা ঈপাক অহু ফাওবা মহাক য়েবা ঙমজখিদে। পূজা কয়া তৌহুনা থাদখিবা মথল কয়াগী লাইগী মূর্ত্তিশিং অহুনা গঙ্গাগী ইরোম্মুংদা মমাহুবু কৈদৌ বেবমগনগে হায়বফাওবা খল্লকই। মরুওইনা কালিগী মূর্ত্তি অহু মহাক্না অন্থুক্তি মতিক কিজ্জে। তমথিনা মমাবু শেতুনা চাবমগনি খল্লকই।

বেলগাড়ীগী থোঙনাওদগী হন্দোরকপা অচা অথক কয়াগী লুখাকশিংহু খোমজিনজবক্তুনা চেৎনা য়োমশিনজরকপহু নোংনা পূমচেৎ চোৎলে। অহুবু হন্দোকলমদে। তল মপাক অমনিদি হুইনা শেত্তুনা চারমবদগী তাম্বোকলগা নমহুনা মুল্লকপনি। হুইদগী ফাওবা মুন্দুনা লৌরকপগী থৌনাতুফাও লৈজরমত্রবদি মালতি মশাগী ফিবম করি ওইগদগে খংজদে।

য়ুম য়োৌবদা মালতিনা উবে— ট্রক গাড়ী অমা থামখি হায়বা। করিগীদমক্তা ট্রক গাড়ী অহুন থুংলরিবনো হায়হুন্থ থংনবা মীংকুপ্ত। খঙলক্লে। স্বর মচা অমতং চনীং তানা হোঙ্গনবা মফম ফাওবা লৈতরে। মখোয়গীনি হায়বা করিগুম্বা পোংশক অমত্তহু লৈতবগুম উরকই। মখোয় মশাসিফাওবা গঙ্গাদা কনাগুম্বা খরনা থাদনিংবা মতমদা থাদবা য়ারমগনি হায়বা ফাওবা মহাক খল্লক্লে।

চহী অহুম মরিস্রোমসি মখোয়গী ময়ূম অমা লৈরে থকহা বাখল থাদোক্লে। খুন অংদগী খুন অমা তাব্রিবা খুনংগী লমীতুগী নাকন অনীমক্তা লৌহুক্কা পাক শন্না লৈব্রি। অথাপ্পদা গঙ্গা তুরেলনা চেৎলি। য়াম্না থাম্না থাম্না খুনশিং উবা ফংলি। নোং মরক্তুদা মশেন মরাং অতুগা অকম লাইহৌনা নারিবা শোল্লবা মপাক্তুনা— লিংখমথাগী মতম ওইত্তুনা মনা অমত্তা পাল্লবা চাউরবা হৈনৌ পাম্বীতুগী মখোঙদা হিপ্লি। নোংনা পূম্ন্ুপ লুপ্লা। হন্নুবা হন্নুবী লৈকাইগী মী ময়ামম্ম চপ চপ লেপ্লি। অতুগা মমিংশিংতু তক্ক তক্ক পাংতুনা ট্রক গাড়ীতুদা য়েংতুনা লৈরি। বোরা মচেংশিং, অংোংপা ঙ্কি ময়াম, সিলভরগী অকোপ অরং পাত্র ময়াম মচি মচিদা পৈতুনা তারি। অতুগা মখোয় কনানম্ম নোং অতুদগী মশা কক্তনবা বাখল অমত্তা পোক্তবগুম উরি।

চাউরবা উকূ অমগী মন্নুংদা ইমুঙ অনী লৈরম্মী। অমনা নরায়ন মাগী মুগী অমদি অঙাংশিং। অতুগা নাকন অমদনা মালতি অমদি মাগী মপা বিষ্ণু রায়। ময়ায়দা লৈপাক্লা মেন্দুনা থাজিল্লি। অতুম্না উকূশিং অতু ইমুং অমা নত্রগা অনী লৈনবা ঙাক্কনি। সরুকী নাকন্দা পৈতুনা তারিবা উকূশিং অতুনা য়ুম তন্নামুক্কি খুদং চায়বতু চহী কম্নাসি ওইরক্লি।

হৌজিক্কি মালতি মখূৎতা পায়রক্লিবা ময়োম অতু হুক্তেকখরে। মপাগী মনাক্তা চেনশিন্নুরি। থরা চোংফাত্তবা বোরানা মপাগী হকচাংতু কুপশিল্লি অতুগা মকোক অতু মাগী মতমবাক্তা থম্নকই। মোংলিকশিং অতুগা লোয়ননা মালতিগী মীৎকা পিনা মপাগী মমাইদা তপ তপ তারি।

উকূশিং অদো অমগী মথং অমা গাড়ীতুদা হাপলিবতু মালতিম্ম মুক্না য়েংলকই। ভাব তাদনা হৌজিক্কি পিশু তারকখিব্রে।

মপাগী মরাইবক্তগী নোংলিকশিং তৈথোক্লমি হায়বা কাওবা কাউথরে।

'মালতি - ' মপানা মমীং অদু অং অং প'ঙহনা মচাম্নগীবু কৌরকই। করিনো তৌরিবসি হায়না হংনিংঙম তৌই। অদুবু মকোক অদু থাঙৎতুনা অমুক্তং অকোয়বদা য়েংলকই। য়াম্না রানা। তুমিন্না ঙহাক লৈরুরগা মথুৎনা নরায়নবু হত্তুনা কৌশিল্লগা য়াম্না চোকথনা হায়রকই—

'নরায়ন, উকুশিংদো কদায়দা অমুক থাগদৌরিবনো?'

'দাদা, কনানা খঙগদগে? লাইবক্তা তপ্পা লৈরমগনি।' নরায়নসু মখোল নিকলপ তৌই।

'অদুবু অমুক্তদি হংঙদনা কদায়রাইদা কয়াম লাপ্পা থাগদৌরিবনো হায়না।'

অদুবু ইঞ্জিন অদু অমুক্তং ঙংলমলগা পি, দব্লয়ু, দি থাবা ট্রক গাড়ীদু কয়া থোঁখরে। নিংথমথাদা ইথা থাজদনা হাংবা লৈত্রবা নোং মরক্তা হৈনৌতুগী মখোঙদা বিষ্ণুরায় মচীন্দা করিনো খরা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মমিং অদু উইশিনখরে। মটিনবান লেঙখিদরে।

'গাড়ীদি থোঁখরে, বাবা।' মালতিনা মপাদা হায়রকই। অদুবু মহাক ভাব তাররে। মপাগী মকোকু তপ্পা লৈপাক্তা থম্মী। অদুগা মপাদা মুন্না য়েংলকই। নরায়ন্না ও খোংনা কপ্লগা মাগী মল্লবা লেঙবান্দা য়ানবা ইন্নফিনা বিষ্ণুগী মশা পুম্না কুপশিল্লকই। নরায়ন্না অদুদগী মালতিদা তপ্পা হায়রকই—

'ইবেম্মা, খুবম্মু। নপাদা অরোইবা ওইনা খুরম্মু।'

হৌজিক্তি মালতি, থোইনা থাগুবা গঙ্গাগী পাল্লবা ঈমাই অদু মমিংতা শংশং উররে। তুমিন্না চ্যেক যোক লাউদনা ঈরৈ কয়া

চেল্লিবহৃদা মুম্না য়ে লকই। মতম শংনা নোং মন্নকৃদা। হৌজিক্ত-ক নৌহৌননা মপি তারকই। মাগী মপা অমদি হৌজিককাওবদা নীং-শীংলিবা মাগী মমা মখোয়না গঙ্গাগী ইরোমংদা মশু কৌয়কশংগুম তৌরি। মুম্না য়েংলকই। গঙ্গাগী তুমিন্না চেক মোক লাউদনা চেল্লিবা ইরৈ কনবা ইপাকুদা। গঙ্গাগী ঈরৈ কনবা ঈপাকুদা…। ○

# সন্ধ্যারানি

পুন্নমক খঙনকলবগী তুংদ। সন্ধ্যারানিনা মপুক্কিমু হু চাঙবগ্রেং-কুম্না থারকই। পুক্কিগী মহুং হুক্তিনবা ক চিন কোয়া য়েৌনা মহাক্না কৈদৌফুংদা য়েংশিন্নুদবনি। অয়োংপা ময়েপ ময়ক্কা নহান মখৈ লৈরম্মী হায়রবসি মহাক খঙজরমদে। অদুবু ঙসিদি হিংবদা অসিগুম্বা মথলগী শাজং লীচং থরদং দয়কায় কৈ হায়বসে ফিকুপ থম্দা খঙজরকই। অদুদগী থম্মোই শোক্না সন্ধ্যারানি কপলকই। অদুগা অমুক মতোয়তা নিঙ্গা তৌজরকই। করম্না অমুক পুনা হকচাংগী ফিবম পুম্বা মচাল অমা লাক্লিবা। অদুম কপই।

'লিপতিক অসে অদুগা…।' মমানা লৈতেং খোংতেংননবা, পুন্নমক মমাংদা থরকই। মানা পাইজবা অঙাংবা লিপতিক অদু ঙসিদি শোকনবা হয়োইদে। মসিদা পুক্কিগী অর্থ কয়া তিনখঙবা লৈরকই। খঙহৌদনা হকেক তৌকই।

'য়েংউ সন্ধ্যা, নহাক অত্তাং নত্রে। মসিগী মমল খরা খত্তবা কৈ। সন্ধ্যারানি জ্ঞান তাররকই। চুপ্পী লিপস্তিককী মমল য়াম্নথরে খৌজিক্কি। অনৌবা অর্থ অমগা লোয়নননা খোংলবা চিনবান অত্তুদা লিপস্তিক তৈবা নত্তনা করিনো অমুক তৌগদবা? সন্ধ্যারানিনা নেংনা কনাগীনো মচিন্দগী তাখি লাইরিক লাইগু হৈবা নহারোল কয়ানগী থবক ফংদবগী য়ার়ী অমা। ইরাং, অন্দলোল, ছ:ত্রগা পুলিসকা খুং খোক্রবগী য়ারী পুন্নমক মহাক ঙসিদি নিংশিংলক্লে। অত্তুগা লোয়নননা য়েলবে ষ্টৈসন্দা সরক্তি ফুটপাঠতা মশিং ল.কঙমত্রবা ফিবম মৃত্তি কায়রবা মীওই কয়া। চাকনি ফিনবা। মখোয়গী পুন্সি। অতুদগী সন্ধ্যারানি ম্বর শাংনা অমুক্তং হোম্বরকই। অত্তুবু চহী কয়ামা থম্মোইদা চেংনা কিশি অমদি কিহনা লাক্লি। মতুদা মচু কয়ানা ফুদোংলবা পুন্সি অমগী মঙ। অয়ুকী অমেঙবা মঙালদা তরং তর লবা ইপাক্তা লিক্লা পকলবা ফুগাইনা শাংপা থম্বালগী শেংলবা ফজরবা লৈকাইগুম। অত্তুবু পুন্নকশিং অসিবু হেক্তমক মরাইবক অত্তুদা করমা পুরকদগে? মীকুপ অমত্তং মীনে.ক মচা অমত্তংনা লৈত্তেংলমহু মাঙখরে। চেংনা কিরমা থম্মে ইগা কিশি অত্তু খোকখরে। ফুদোঙলবা সনা মচু মান্নবা অয়ুক অত্তুদা শিলংগী বরা বাজারগী অমোংপা মপৈ মপৈরক্তা শাংহৌবী নিংখিবা শিঙেল অত্তু মাৰি কনানো হেক্তখিরে। পুন্নমক খল্লকই। অমুদগী খঙহৌবনা পি মন্নিক অমত্তং শিন্থরকই।

'অমুক করি তৌরে। হাইমা কপল্লিম্যান্নেনে।' মমানি। অমুক্তা হেন্না হিং হিক কপলক্লে। মনাক মত্তদা মম্যাম্ন কম্পররকই। মান্না তঙ্গা হায়রকই— 'কপকম্নু সন্ধ্যা। য়েংক্তোই মা অমা হায়রগে।'

মপান্দা মু ভাওরিবা নারায়ন থাপানা খঙহৌবনা মাথরকই— 'মেংট অজ.ম্মিথ টাইটনি — ঐখোয় ফুমনে।' মু ভাওরবদি ইংরাজি

মতেক মতেক থেংনা হায়বনি মাগী থৌজনাপ্সি। অদুবু ঋদি-ভরদি মহাক কৈদৌহুংনা থকথিত্রি। অমুকনী লেপ্তনা থরক্তি।

'উরেব্রনা?' মনামা তম্বা হায়মকই— 'মৌনা লিংজেল লৈরম্বী। ইকাইখুম্নবা, ইজ্জৎ সনমান পুম্বা কনম্বী। হৌজিক্তি নপাসে চৌকিসিদা অসুম ফমদুনা যু থকপা নত্তনা। করিরি উপাই লৈরি? মাগী সনমান ইজ্জৎ কদায়দা চংংরে। মথৌনা মন্নিংজেল অহুনা কদায়দা চংখরে?' অমুক তুমিন লৈথরে মমাত্থ।

সন্ধ্যারানি মপাবু মলক মুন্না থহই। অহুপা কপুকি মক্তিক মাকু মুংশিজে। ওসি কাওবদা মপাগী সেম্বা থৌজনা অহুত্তনা অপেম্বা হায়বত্থু ওইজরক্তি। মাগী থবাক্ত' থেংনম্বা ভকমানশিং থাবিগী পোংশাকশিং অহু মুমিং খুদিংগী উকুল বাইফুল কয়োকটে।

'মরুপ মপাং লৈরম্বী। সজ লৈরম্বী। বাংলাদেশকী লান অতুগী মতুংদগীদি···।' মমাত্থ পি মরিক অমন্নিরং শিত্থরকই। 'হোই, নোংমথক্কংদি লানফমদা মতিক মথৌনা লৈবা লান শোক্ত-খিবা লান্মীদা ইকাই খুম্নবা উংখি। থবাক্তনা ভকমান থেংখি। বাজাই বেস্থুনগা কে'মনা ইকাই খুম্নবা উংখি। অদুগী মতুংদগী কবি ওইরবা নহাক থক্ত্রা সন্ধ্যারানি।'

ওহাক্তং লেপলম্বী। সন্ধ্যার নিনা উরকই— মমাত্থ মুত্তগী মুক্তিওমথরে। হাই হুমখিদরে। কুইরবগী তুংদা অমুক মথা তারকই 'হৌজিক্তি য়েংউ, হিংবগা ইজ্জংকা করি মরি লৈমরিবগে? কনানা ঊপোক্কী খিবোং অসি থাকপিগদৌরিবগে? অকোয়বশিদবু কনা-না ইজ্জংকিদমক থম্নবা য়াওবগে?'

সন্ধ্যারানিনা অ:কাইবদা য়েংলুরি অমুক মৌহৌনা। মরুবা জীবা মচেংশিংগী অপিক অপিকপা যুনশিং। অথুবা থনি। মোংলবা নালা অঙ্গুগী ইরাপ লাওনা কৈথেলগী অয়োংবা মপৈ মপৈ।

অহুকম্ অমা তাম্না উতাম পাম্বীগী শাজেবা চীংমাইশিংদো শাথিনা য়ুম্বিং। অমত্বা মপাম্বশিং।

অমা য়ুম্বকাও ইটিক চিংন্দী। মপাম্বা অমুক অমুক নারায়ন খাংবা শাওরকপন্ মঙনা 'সেট আব স্লিপ টাইটানি। ঐখোয় য়ুম্লপে।'

মক্ত্যারানিগা অমুকম্ তারকই— খোংঙ্প তুবা রামহুলালগী হুন শাইব মখোল। অস্থমা থুরক ইবক্তা রামহুলাল গুমীং খুদিংগী চংখী। অহ্মা লাওই— 'হাকসোল'। খোংনাংগী অহোবমা শক্তর' প্রসাদনা শেগাদা লশিং কাপোল য়াম্লদুনা— মহাকম্ রামহু-লালগুম্না থুরক ইরক্তা মোমপাক ১ দি কাম্থাতুবা চংলিবহুম্ উরকই।

মমানা মথা তারকই— 'থঙবনা কয়াম কুইনা ইজ্জৎ ঙাকখি হায়বা? কনাঅদি ঙিন শিন্নকপা য়াই। ঐখোয়দি হিংননবা অতিথিগীদমক শেঁম শাখি। নঙগী বাবানা অম্নাকপা খুদিংদা মপুন্দিগী বাবী লি।

মক্ত্যারানিম্ নিংশিংলকই। মপানা অম্নাকপা মী খুদিংদা হায়— 'ঐগী হুদীবু য়োন্দুনা চাব' হায়বসে ঐখোয়গী ইজ্জৎকী খাকমনি। অদোমনা পিনিংবা মমল পিবীয়ু।'

মক্ত্যারানি, শক্তিবুগী নেংচুপকোয়দগী পাইরকপা অকুম্বা [illegible] মরামশিংদো ঙাঙ্ানবা নোংজাবীগী মচুনা ওম্না ওম্না চামথোকহনখরে। কোয়্রোহনবগী অশেং অশেংলবা অকালঙ্গদা আতিয়াদা উচেকশিংনা মনিংতম্না পাইরক্লে। অমোংপা মইপরক্তা শাংহৌখি মালি কনান। হেকথিদবী শীঙেল অহু অর্থতনা থম্লকই। পি মরিক অ ওম্ তারকখিদরে। পাম্নবা মীংশেল অহুমা মপুং মরে ফাবক্লবা হকচাং অহু য়েংনা য়েংনা লৈতেংবা হৌরকই। মক্তোমক্তা

খল্লকই। মনিগীদমক্তনি মরাক্তা হিংজক্লিবা। পুন্সি হায়ববু মসিনি। হিংবা হায়ববু মসিনি।

হৌজিক্তি শংবানববা চীংয়াই শীং অহু খাবলগী মঙালদা মুখুক মুখুক মুনা লেপলক্লে। অরাম্নদা পোলিস বাজারগী ইলেক্ত্রিককী মৈঙালশিং অহুগা চীংমাইশিংদা শারিবা মুমশিংদগী মঙাল মৈবুল মচা মচাগুম উরকলি। গলিসিদদি খাবলগী মঙাল লক্তনা অঙৌদি ইমম মম্লি। জিপ্তগী শেগাইবা মুনশিং অদো খাবলগী মঙালদা অশিবগুম চপ চপ লেপ্তুনা লৈরি। নারায়ন থাপানা মথবাক্তা তকমানশিং অহু মানশিল্লি। অহুগা অমুক চৌকিদা ফমথে।

অরংবা মঙাল অমগা লোয়ননা গলিহুদা শক্তিমান অহুনা থৌজিল্লকপহুদা চম্পা, দিপা গলিহুদা লৈব খুদিং ইরাং লাংনরকই। মমানা সন্ধ্যারানিদা হায়বে - 'গাড়ি ল ক্লে।'

অহুদগী নারায়ন থাপানা মিলিটরি অহুদা চাথোকদৌবগুম মুন্না য়েংলগা হায়রকই — 'ও সিদি প টিনি নক্রা? টেক ইনজোই-মেণ্ট।' অথুবা গলিহুদগী মিলিটরিগী গাড়িন্তু থৌদোকখি। থাপনা য়েংহুনা লৈহৌই মথুং হায়হুনা চংখিবহু চম্পা, দিপা 'হুদগী সন্ধ্যারানি।

করি খল্লুরবনে' লাওরকই 'ঐস্ন মিলিটরিনি — ঐগী থৌনা হুন্দরি।' মথা তারকখিদরে। লেপখংকে হোংনরকই অশাওবা অমগা লোয়ননা। অহুবু ওমদরে। মখোংদা মুন্না য়েংলকই। লাল অহুদগী নামতা ওাইরবা মখোং অহুদা। অহুগা অরুং খংদাও লাওরকই— 'হুইগুম্না তুমসে।'

পাক্লবা তকমানশিং অহু শিনা শিনা বাখলনা কাহুংলক্লবা নারায়ন থাপা চৌকি মথক্তা তপ্না তপ্না লেকথরকই। ○

## ইম্ফাল—১৯৭৪

অশেংবা মীংনা চাওয়াইমা। হৌজিক্কা রিশিকান্তা ওম্ভোক্লে। কুচু—কুচু মুই। অরাংবা—ফুট মরি ইঞ্চি মাপল। মশম থাকই। খোংগ্রাও মতোল লাংবী শেংলি। বিটলগী খোংচুপ তোংই। ইঞ্চি অহুম রাংবা থুগাগী। চুবাগী মশন খবা হৌই। নপশিনবদা শোয়বা মাল্লা ওমাং কাই য়াম্মা লল্লা হৌই। খুত্তো ইংলিস খবর।

কেসন থক লাংবা তোপ তোপ্লবা রিশিকান্ত যুগ অমিগী মশক লেম্মা য়াবা মওংদ পাওনা বাজারগী খবর য়োনফমদা, সিনেমা হোলদা, ইংলিসকী রেকার্দ হৌনা হৌনা খোংবা মফমদা তোয়না উগলি। শিলংদা থা খরা দার্জিলিংদা থা খরা লাইরিক তম্মুই হায়রে। মসিনি ইম্ফালদা চাওয়াইমা।

গান্ধী মেমোরিয়েল হোল নত্রগা হোতেল মনিপুর। সিটলো বিট কল্লেকী। হিন্দি নত্রগা ফিপশি। চীংদগী মেরি, জোন, ভে'ন। ইম্ফালদগী নথ, ইবেনৌ, মন্দাকিনি মথুম মরাং হৌনৈ।

খোজ কমগী মঙ অমা।

এল, এস, ডি, মেন্ড্রেক, গঞ্জা, কানি ড্রগ সেটকী মখোল। ভাজা— সেক, বান্ড নত্রগা জেক। নেশা। পঙথবা।

ইবোত্তোন -

লম অসিগী নৈহাও অমদি ঈশিং মুংশিংত্তগী শাগংপা ইবোত্তোম্নি। ছাত্রগী লিডর। নেসনেলিষ্ট। অন্দলোন মোবন-নচিংবগী লুচিংবা। সরকারনা মচিন চংপা।

নোংমা। অমম্বা গলিদা মথাং অহুম মরিগা শ্রু শ্রু ঙাংনরমগা মহাক হনখি। ইমম মম্বা অরাং দুকালগী লম্বীদা। অচৌবা পোৎয়োম অমা য়োমখি। সাইকল কেরিয়রদা। যুম য়ৌবদা আকাশবানিদগী তাই— 'ছাত্র লুচিংবশিংগা করবাররালাশিংগা য়াম্নবা অমা পুরকথরে।'

অমুকশু মুমিদাংবাইরমশিদ। খাইরম্বন্দ বাজার। উকুন অমম্তুং মী ইয়ান য়ানশিন্রে। কুক কুক হৈরে সাইকল রিকসো স্কুটর ওটোরিকসো। পাকথোক চাওথোকফম লৈত্রবা ইম্ফালগী লম্ব'। স্বর হোন্দোকফম খঙদ্রবা মীয়াম অমদি মীনিল। ঐথোয়গী সহড়। ঐগী সহড়। ইম্ফাল সহড়।

'চুকটা থকখিসি।' ঐনা লাকমিন্নবা ইবোচৌনা হায়রকই। বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোদকী ফুটপাঠতা মমাই মথা ওন্না ফমলিবা পোৎফম অমদা চংই। নাকনগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌনবা য়োংকী অচোবা তরংদা ঙেক কনখৈ। ইবানি। পোৎফম কন্সী হনুবীগুগা কুইনা শকখঙনমক্রবগুম।

ইম্ফাল-১৯৭৪/৭৯

'ইবুংঙো হৌজিক্তা হুনখিবদা মঙাইরি। কুইনা ঙাইরম্মী।'
ঐখোয় হায়রক্লেং ঙকই। ইবোচৌ ইবানি য়েংনৈ। ইঙক ঙক্লা।
'ইমানা তাকপিরিবশিবু করিনোনে?'
'ইবুংঙোহোইনা লানবনিদা। ঙহাক্তনি হায়রগা অতুক কুইরক্লে।
অতোপ্পা অমনা পুরগা চংখরেদনা হৌজিক্তি হয়েং তারে।'
ঙহাক্তং লেপ্লগা মথা অমুক তাথরকই— 'হয়েং ঙস্তোনা হেক
লাকউ। অপাম্বা অমা হেক ননিং থুংনা শল্লো।'
জ্ঞান খঙতা তারকই। খঙহৌদনা মুংশাম্বর অশাংবা অমা
হোল্দোকখি। ইম্ফাল সহড় ইমম মমশিল্লকই। অমে'ৎপা গলি
উফুন রাইফুল পুম্নমক মশক উদ্রে। 'হয়েং পুং কয়াদা লাকচৌগে?'
ঐগা লাকমিন্নবা ইবোচৌনা হংই। 'পুং মরিগী অহুবাইদা।'
অতুদগী চুরুট মচৈ অমমম থকচিল্লি। খোরক্লে। হন্নুবীহ্
হায়ক্লেং মুন্না য়েংলগা শোলহৌবগুম তৌই।
'মীশকপু ওন্নরমাল্লে। কয়াদ' মাই থকপ্রবনো?'
অতুবু তারমদ্রে। চুমদ্রিং হায়গংলি। ব্রা মচেং অমত্তা
ঙাংনদনা। কংলা পার্কলোমদা। চিন্নবা বীর টিকেন্দ্রজিংকী
লম্বীদা। ইবোচৌবতু করিনে'মা খল্লি। অতুদগী নোকললকই।
করিদগী নোকলিবা? ঐহাক খঙদে। মহাক্তি ইম্ফালবু মুংশিজবনি।
পোৎকম ফম্মী লুকমাই পানবী ইমা ইবেলবু। মীতৈ মুপীশিংবু
রাংনা খঙবনি মীকুপ খরগী মমাঙদা শোকখিবতুনা মঙোন্দা
করি অহোংবা পীবা ঐহাক খঙদে। থুংনোক অতুদি তোপ্পি।
কংলা পার্ক। নহারোল কোল্লুপ কোল্লুপ ফম্মী। বারী
হৌন্না হৌনা শানৈ। নোকই। লাংই। খরমনা ইকোয় কোয়না
কপ্পহ্না কেলি চানা চাই। তুমিন্না লিক্লিদগী মু হৈতুনা থরুবতু
য়াঙই। অচং অওকী করিগু নাচুংদে। মুমিংনা তাক্কম তাক্কম
তৌরকপসিদা কংলা পার্ক।

'হয়েংদি পুং মরিদা উমন্নসিং কো ?' কায়নরমদাইদা নোক্লুনা ঐনা ইবোচৌবদা হায। মহাক ত্তি নোকুমক্কে। শকফম হুক্লিলি।

'ঐগী নতগী ইচল ইচাবা য়েংলকউ। ঐদি চংলোই।'

ঐস্তু কদিনা পাউথুম পীগদগে খঙদে। তুমিন্না অতুম্মক ইতোমতা হম্নক্কে। খন্নকই — কনানশো অত্থুক শাউনিবা মহাক্লা। ইশাগী পৃথ্বি মহৌং অসিক্কা নবা খঙজদবদা। ইশান পশ নক, ও পাউ অমত্তা ফাঙনদবসিদা।

মখংগী নুংশিত্তনি। ইতে মত হইগৎলি। সাইক অমগা বাক্লাবদা। তবাগী হোটেলদা হৈনবী শাস্ত ভৌনা য়েংশিল্লুই। থল্লম্বনক চুপ্প। নখেয অহুম নবিসি ফমলম্মী। অযুক নুংথিল নুমিদাং হে টৈলসিদা চা গ্লাস তংখায থকতুনা যম্মী। নুমিৎ থৃদিংগী। পুং কযা। ধর্ম্মনিতি সম জনিতি অর্থনিতি ব জনিতিগী চর্চা। নংগী ইমুঙ মণুংগী ৱাবী। হফ যত্তা। ঐবিসান নুংশিবা নুংশিদবা। শেনজ থুমজা অনোংপা নখান নৈনগনি হোটেল-সদা। মাপনগী লম্লা থবব মহোৎ নবিক চুম্না শাই। মখোযগী মবক্ত নখোয নৈকাইদগী তে মল যাওরি।

তাতে মান চঠী নীফু থবা চেননগান। থাইনা ক্লাস নাইন টেন অতুৱাইফ ও তমহৌবব।। নুপী ডন্না যিতুনা ল হবিব তম্বা তে কপি। যুম পান্নবতুদ দ মযুমদ জাব লিংলম্মী। যুস্ হোন্নম্মী। হৌজিক্কি তে কথবে। বাক্লানত যানখবে। হন্দক্তা লিংলৎপা অনৌবা দলদ। নহাকস্তু মেন্থবনি। নী উশিত্তে। মা মচাইদবনি খঙবা হাযতুনা। নহাক্লো থবা খোমজনা বালবাদি স্কুল লিংখৎপা, কণ্ণমরস কান্টিন লিংখৎপগী ৱা যাম্না ডাঙলম্বনি। মতুস্তু তোকখবে হৌজিক্কি। নোংডাংদগী নুমিৎ তাকাও হোটেলসিদা লেকচব তৌগদবনি। যুমদাদি কবি চাবিবা খঙদে। হিঙ্গোল চাউথ্রবতু মবোযমকা অমফাও থাদে। যুমতুস্তু মন্তবব। অযৈবা নচা অমদা

লৈ। নোঙ্জুখারা নোং হুরমগনি। কোংস্থাংদগী দান্নি ফাওবা নাপীনা কুপ্পী।

হাকুম ফাওবদি ইতৈনা ললিত্তানা য়েনখাদা য়েঙ্কেন পাম্বী মরোয় নাপ.কপি. কোপি মতম মতমগী য়েনশাং নাপী খন্না থ রম্মী। মহাকপু তোকখরে। মাঙ্গোলদা কি শারম্বত্তুসু তোকখরে। মতম অমদা মশক ফজবদা কৈকাইদা হায়নরম্বনি। অত্তুবু মচা অহুম মরিহুগা বিভুলা চুবগুম উরে। মচাশিংত্তুসু ময়াং কংত্রিক কংত্রিক কংই।

মসিনি তা তোনাল। তেগাগী হোটেলদা মখোয় ফনহৌরি।

ঙরাংগুম নহানগুম নহান মথংগুম থ্বাইরম্বন্দ বাজার অহুম্মক ওইরি ঙসিসু।

বীর টিকেন্দ্রজিৎ বোডকী সিটি বস ঙাইফমদা গ্রৈসু লেপ্লুরি। সাইকল ঙাশিল্লগা। হনুবীতুগী পোৎফমগা মায়োক্ননা। সড়ক থাংমা থাংনদা। খোঙহামপাৎ চৎকদবা সিটি বস অমা লাকই। ময়াম গুক্কং গুবং হোৎচিনখি। মশা কনবা পাখণ্ড অমদি নুপাশিংনা মঙাঙ্গল শোনবী হনুবী নুপী অঙাংশিংবু ইন্তোকই। হান্না কাখৎলি। মীকুপ অমগী মগুংদা মশা কনবা মরীংজেল লৈবা মীতনা বস অহু থনখি। অত্তুদগী কাখৎপা ঙমহৌদবী নুপী অঙাংশিং হন্দোকলনঙ্গা নোংপোকলোমদা কন্না থোগৎখি। লংই বস অহু। মখোয় খরহ নত্তনা ইত্তাক তাকহৌই।

হনুবীত্তুগী পোৎফমদা পাখণ্ড অনীথক কা চারি। চুরুট থক্লি। করিনো খরম্ব ঙাঙনৈ। অত্তুদগী মখোয় নে কই। হনুবীত্তসু। ঙহক লৈরগা লৈশাবী (নৌ ওইবম্বসু য়াই) অমা লাকই। হনুবীত্তুনা কা মতপ অমা পী। পৈশা থাদখিবদি উদে। অত্তুদগী পাখণ্ড অনীত্তুগী মরক্তগী অমগী সাইকল কেরিয়রদা ফমত্তুনা লৈশাবীত্তু চংখি। লাকপ্নবা মাম্না। ৎইরম্বা য়াই ৎইরমদবা য়াই।

মাঙদা থারিবা ওটোরিরোদা সিনেমা লোইদনা থোরকপী লৈশাবী অনী পরপ পরপ কাখৎবি। ইম্ফাল টকিজদগী। মশা নানবা মররাম্নী পাখঙহুনা ভারা পীখি। অহুদগী নোংচুপলোমদা কন্না থোথখি। উরিপোক নত্রগা শগোলবন্দগী মাইকৈ তম্না।

অমুকস্ন হন্নুবীহুগী পোৎফমদা মৌনহা অমা। কেনা শেং চারবী। মমায় নোংচুপ ওল্লি। ঐখোয়রোমদনা নাকচেক্লনা। ঙৌশোক ঙৌবা খজাই, ঙকশম তাথরকপা, বাংনা পুনখৎপা শমজি। লাংতকনহল্লি। মায়খোংহু য়েংলিংই। হন্নুবীহুগ রারী চিকথনবগুম তৌরি। মশানা কা মচেং অমা শেম্নগা চাজে। হন্নুবীহুস্ন লাংতক্লনা উই। কোইয়েং য়েংই। ফনা কুইরে। পুং-খায়মুক ফারম্নগনি। অমুকস্ন হন্নুবীহুগা করিনো শু শু ঙাংনৈ। অহুদগী মৌনহাহু হৌগৎলকই। মমায় লৈথোরকই। ঐহাক হায়ফেৎ ঙকই। মেরা থাগী মকা ফম্না শাৎপী শনারৈগুম তগৎ তগৎ তেকপা লৈশারিঙৈগী শক্লমহুমক্তদা ফজরবী ইতৈমা ললি-তানি। মহাক চংখরে।

'ইমা, ঙরাং পুং মরিদা হায়জরম্ন হু কমদোরে?' ঐনা হন্নুবী-হুদা হংই। য়াম্না ভাব তানা।

'ইবুংঙো, মমল বাংথ্রবী অমা নাম্ন্নোকখরেদনা। হৌজিক্কা হনখিবদা মঙাইরিদো।'

অহুম পোরক্লে। মখা তারমদনা। চুরুট মচে অমা থক চল্লগা। তেরাগী হোটেল নীংশিংলকই। অহুগী ময়াং কংত্রিক কংত্রিক কংবা তা ঢোমালগী মচাশিংদো।

কাংজৈবুংলোমদা হন্না য়েংথোক্লবদা চানা কাংঙৌ লৈরিবা পাখঙ অনী অহুমহুনা করি হায়করবনো খঙদে তমু তমুবী চানা য়োনবীহু অরৈবা ময়া মখে পুথোক্লনা নোক্লি। ○

ইম্ফাল-১৯৭৪/৮৩

# ইংলিং খোংগী রাস্না

১

লৌউ-শিংউ মন্ত্রিগী পাউজেল

'ঐখোয়গী থৱায়দি লৌবুক্কি অমদি লৌমানি। লৌমীশিংবু ঐখোয়না ব্যেবহার তৌবগা লোয়ননা মখোয়দা মতিক চাবা সম্মান পীবিগদবনি। ভারতকী ওইনা অমদি পৃথিবীগী ওইনা ঙসি অচৌবা লালহৌ অমা ওইনা লাক্লে মতুদি গ্রিন রিভোলুসন—চাথোক হেন্না পোকহনবা হায়বা অমা। মসিগী পান্দমদি—ঐখোয় লৌবুক্তা কুপ্পা তাই। লৌবুকপু পোগাহন্দবা তাই···।'

লৌউ শিংউগী মন্ত্রি মনিকান্তনা কলমহু ঙহাক থম্লগা মখা থম্লে। চুরুট মমল অয়াম্বহু চনখৎলি। সোফাদা ভাথে। প্রধান মন্ত্রীনা কিষান সভাদা পীখিবা ভাষন অতু ঙহাক পাই।. অমুক ইথে। . .

ঐখোয়গী মীহৌরোলদগী হৌনা ভারতবাসিশিংগী পুন্সিগা শাগোম্নরকপা। সংস্কৃতি ঐখোয়গী ইন্নাৎ লৈহাওসিদগী থোকচরকপা পুন্সি মহিং অদু ঙসিদি ঐখোয় অমুক নৌহৌননা নিংশিংবা তাই। হৌজিক বিজ্ঞানগী যুগনি। ভারতসু লম অসিদা থুমাং চাওশিল্লক্নি মতুংগী খুদম হায়বদু হন্দক্তা রাজস্থানদা ভারতকী এত্তোম বোম চাংয়েং তৌখরে। মখল মখাগী চাওখৎ থৌরাং কয়ামসু পায়খৎলে। মসিগী মতুংদা চিঙ্গাক্কী অচৌবা সমস্যা কয়া ভারত সরকারনা মায়োক্নবা হোৎনরি। খুৎশেংগী হার শিজিন্ন-হুনা চাথোক হেন্না থোকহন্নবা লাকনরি। ঙসি ফাওবদা লুপা ক্রোর ১,২০০ চঙনা ফারটিলাইজর ইণ্ডস্ট্রী শারে। মসিনা হার মেত্রিক টোন মিলিয়ন ৩ পুথোক্লে। মসিগী মথক্তা চহীদা লুপা ক্রোর ৬০০ লোমগী হার মপান্দগী পুশিল্লক্নি। মঙাশুবা প্লান অসিদা কেন্দ্র সরকারনা লুপা ক্রোর ১,১৪৯ হারগীদমক কাইথোক্লে। খৃঃ ১৯৮০ দদি হার টোন মিলিয়ন ১২ পুথোক্নুনা চিঙ্গাক টোন মিলিয়ন ১.০ পুথোকলিবসিদগী টোন মিলিয়ন চনী হেন্না পুথোক-পগী পান্দম থন্নি। লৌউ শিংউগী বিভাগনা হীরসোমদা মীৎয়েং থমহুনা মণিপুরদসু অহোংবা মমলদা হার প্রজাশিংদা ফংহল্লি।

মন্ত্রিগী মুগী মনিরৈমা মন্ত্রিগী নাকনমক্তদা ঙেক ফমথরকই। ময়াং কংলগ্নীনি। হন্দক মরক্তি নোয়থোকখরে। চীং লেমখরে। মোমোন নোক্নুনা মপুরোইবগী অইবা চে অদু হাইফেৎ য়েংলগা কোৎথরহুনা হায়রকই—

—হংচীৎ ঈশিংখোং শঙ্গাবগী চেরোল নত্রা সিবু? হৌজিক ফাওবা ইবা লোইবিত্রিবোইরে।

ইখঙ হেক খঙভি মনিরৈমা।

—হৌজিক্তা ডাইরেক্টর মনিমোহোম্না ফোন তৌরকই। নম্বা নঙলরোই পাখৎলমাল্লে।

—ট্রান্সপোর্ট মিনিষ্টর মহম্মদ চাওবদা স্কুটর কোতাগীছুদি হায়বিক্রবা নত্রা ? হলককিলিদা য়াওরক্লবদি ঐদি য়ান্নোইদবনি। নঙনা হায়রোই হান্নরগা ঐহাক হৌজিক কোন তৌগে।

—মরাইনা য়াওজন্নককনি। হায়দি হায়রম্বনি। মীগী মীগী পম্বারদা খুৎ থিংজিন্নদবসিংদি কমা হায়রুবসু য়াবা নত্তে।

—যাস্থু মাইনর ইরিগেসনগী ঠিকাগী করিগী ঙংলরিবছুদি ?

—হোইদা। নঙসু ইখঙ হেক খঙজিল্লক্লে।

—অদু অদা খঙদে। ঐদি তোম্বীদগী পৈশা লৌরবনি। শাল মচা অমত্তং লৈরুরনি।

বোম্বেগী নক্রগা কাশ্মীরগী মচু মচুগী শালশিংছুদগী মানা কেমিনাদা থেংনখিবা ডিজাইন অদু মমীত্তা উরকই। মন্ত্রি তুমিন্না লৈ। হাইফেৎ য়েংই মনিরৈমদা। নোকফেৎ তৌদুনা। অমুক্তা হেন্না কেথৈ মনিরৈমা কফি পুশিল্লকই। কফি থকই। মনিরৈমানা কফিগী মনমন্থু য়াম হৈনৈ। চাগা কাবগী মনম হাইফেৎ নম্বছুদা।

—অদো সিনেমা অমত্তা য়েংলুগেনা। ইংলিস ফিলম কজবা অমা উবদা তৌরি হায়।

—যুমদা কাপ্পুদনা কেসেটতু রায়রগা।

—সিদা য়েংবদি তল্লি ময়াম মরক্তা হোলদা য়েংগে হায়বনি। য়ান্না কেনা চৎলগা।

অমুকসু নোকই। মনিরৈমা।

—চত্তা চংপিপ্রো ইবেম্মা। নঙ হেক লৈরিবমথৈ ঐহাক কোক অসি ঙাওরগদবনি।

মন্ত্রিনা লোখোং শঙ্গাবগী পাৎজেলদু অমুক মথা ইথনবা লাক্লরকই —

'লৌমীশিংনা চেকশিনবীগদবদি শেক্তাও পায়রবা কাকবাম্বালা, চিঙ্গাক পৈশিন্দুনা থম্বা ষ্টৌক হোল্ডরশিংবু চেকশিনবীগদবনি। মীচমগী পুন্সিবু মখোয়না শাম্বদ্রি, ঐখোয়গী লৌমীগী ঈ মখোয়না চুপ্লি, চিঙ্গাক পৈশিন্দুনা মপান্দা লোক্তা থাদোক থাজিন তৌদুনা ঐখোয় লাইরবা মী কয়াবু অবাবদা তাহল্লি। মসিদগী কয়নবা উপায় হ,য়বু... '

ক্রিং ক্রিং ক্রিং। মন্ত্রিগী সাইড টেবলদা থিল্লিবা ফোন অহুনা য়াকনা খিঙলকই।

—ও। জি ·· কুইণ্টল ৫০০ হায়বা ·· থরা তাথবদি য়াদ্রে··· হয়েংসে··· হোয় হোয় অহু থরা থুনা পুথোকখিনবা··· মানি মানি কারব র মশেলনি হায়বা কাউনত্রগা লোইরে··· হাঃ হাঃ

নোকখি। ফোন থম্মী। অমুক মথা ইথনবা লাক্লে।

মনিমোহন চঙলকই। নহানি। মন্ত্রিজিগী লৈকাইদগীনি। ইলেকসনদা মন্ত্রিগীদমক রাজখিবা মাইক পায়জখিবা মীওইনি। পৈশা ওইনা পাংথিত্রবসু মপাঙ্গলদি পুথোকখি। পৈশা পঙপায় পায়বা ইমুংদগী থোরকপা নত্তে। মপানা মতোমতা পোকই। বি এ ফাও তনহৌই হায়নৈ। থরনদি মেট্রিকতনি হায়নৈ। হাকুম মুপী থিথরে। মঙাও থিনা হৌরকপনি। অহুবু মুপী থিবদগী জ্ঞান থরা তাহুনা ঠিকা মচা মচা থরা তৌই।

- নঙগী লৌথোংহুদি লোইরবা নত্রা? কয়াদি কায়হৌই?

হিসাব খোংত্রি। ইঞ্জিনিয়ারশিংগী কয়া থাইগদবনো থঙত্রি।

—মখোয়গীসু পেন্নবা অহুম তৌখো। ঐগী মিংদগা শংমুক মুকউসু। তুংগী থম্দুনা মখোয়না য়ানবসু চংকদবনি।

অদো তাইবুংঙোম্না বিজয় থরা থুনা শানবা অমুককি হায়বিসু। এসিষ্টেণ্ট ইঞ্জিনিয়ার অহু মখৌ অমা ইত্তৌ তৌই-থবকচু কইজে মজদে - পাকপা অরুবহ রাংকি-খোংলি হান্জনা।

—নহাকস্থ হায়জ খোংচন্থনা য়েংখো। য়াত্রগনা য়াদবগী থবক তৌবা তারেদনা।

- ঐদি ট্রান্সফর তৌথোকগ্রসি হায়জবা লাকপনি।

—হোয়মে। ঐ অমুক্তদি ঈঃ ঈঃ দা হায়থিগেদন', মাগুম্বনা বিল শাদবা য়াগত্রনে?

—খঙদে, ঐদি তাইবুঙোদা লোইনা শিন্নজরবনি। তাইবুঙোগীস্থ···

—অদুবুদি নখোয় ফরগা ঐগী অফবনি। ইলেকসন হাযবা অমা ঐগীদি লৈরিদনা। নখোযস্থ খব'দি তুঙশিন্দুনা থম্বা তাবা।

—ভাব তাজবে, তাইবু'ঙা।

( ২ )

ঙসিদি চাউখ্রবা লমহাং অমদি শঞ্জাবুং ওইরম্বত অহাঙবা মচেং অমফাওবা লৈত্রে। চহী কযাগী মমাঙদা পাং ওইরম্বগী খুদম ফংই। নেং কা হেন্না তাবদা লগসি মযাযদা কুৎপনা মবম ওইদুনা অচৌবা পাং অমগুম হেক হেক উবস্থ য়াওই। মতমদুদদি অযুক মুংথিল নাইদনা ঙা ফানৈ। চহী খরগী মমাঙদা লমহাং অবেম্বদা লৈহল্লোইদবনি হাযবা ভারত পুম্বগী খোল্লাউদা ইনাকখুনবা পৈশা থাদবা ঙম্বা নত্রগা খুৎকন পাঙ্গনবনা লম খোপচিন্দুনা লৌ নিনবা হৌখি। হৌজিক্তি চাউববা লমহাং অদু অচৌবা লৌবুক ওনথবে। নম্বুল তুরেলগা নক্কনা লৈবনা ঈশিং পাশিল্লক্তুনা লৌ কয়া হাংপা চহীস্থ ময়াওই। অদুবু অয়াম্বা চহীদদি যৌ কুইলটন ২০০/৩০০ লোম চাংচংতা লৌবুকশিং অসিদগী পুথোকই। অদুবু নিংথমথাদদি অতৈ লৌবুক্ত্মা অচৌবা লমহাং অমগুম্না করিগুম্বা অমত্তা শিজিন্নদন তাদুনা লৈ। লমসিগী মীহুং মনিকান্তনা লৌউ শিংউগী মন্ত্রি ওইরবদা লৌমীশিংদা লোখোং

তৌনবী প্রস্তাব থাকথখি। হাকুন চহীদা শেংকদা কন্থুরা য়েং-শিনবিখি। তুমশিংগী অপেক্তবা নিংথমথাদগী লৌখোং তৌরমচবগ

(৩)

অমুক মন্ত্রিনা ইথরকই—

'...... লৌ লৈজদবা মীওইশিংদা লম্যাং পীদুনা লৌ উইন্দুনা লাইরবশিংগী আর্থিক অবস্থা ফগৎহনবতা নত্তনা ভারতা চাখোক্কী সমস্যা অমা লৈরিবসি কোকখিদুনা এখোয়গী য়াইফ থৌরাংগী মহৈ য়ানবা ঙমগনি। ... অদুনা ঙসিদি অচৌবা লমহাং হায়বদি সাবল ওইরম্বদগী লাইরবা লৌমীশিংনা হোৎনদুনা অচৌব্বা লৌবুক অমা ওল্লে। অদুবু চহী খুদিংগী ঈশিং ফংদবগী নত্রগা ঈশিং ইচাওগী খুদোংথিবা মায়োকনরি। মসিগীদমক সরকারনা লৌখোং তৌবনি। নোংজুথাদা ঈশিং অহেনবা নম্বুল তুরেলদা লৌখোং অসিনা থাদগনি। নিংথমথাদা অরাংপা ঈশিং নম্বুল তুরেলদগী লৌগনি। অসুম্না তৌরবদি ফৌ পাম্বীনা দরকার ওইরিবা ঈশিংগী চাং একর অমদা ঈশিং ক্যুমেক্স অমা চহী চুপ্পা চাং নাইনা পীবা ঙমগনি। মসিনা লৌবুকপু পোথাহন্দবা হায়বদু ওইরগনি। রবি অমদি খাম্বিফ পাম্বীশিং হায়বদি কালেন্দা ফৌ থাররবসু নিংথম-থাদা হুবাই চানা হঙ্গাম কোবীনচিংবা থাবা য়ারগনি। ...লৌমী-শিংগীদমক্তা সরকারনা অঙম্বা তেংবাংনবা হোৎনগনি। মসিদা প্রজাশিংনা অমদি লৌমীশিংনা মপুংফাবা সহযোগ পীনবীয়ু। জয় জবান জয় কিসান।'

অমুক মকোক্তগী হৌনা পারগা থরা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ইবা লোইশিল্লে। হকাম লাওনা চন্দুনা তিংলি য়াংলি। চে কলম থমজিল্লগা অমুক চুরুট থকই। হৌজিক্তা থুংলরিবা ঙসিগী খবর পাই। সরকারনা শৌগৎপা খবরগী মকোকমক্তদা ইরম্মী—

'লৌউ শিংউ বিভাগতগী কংবা চেরোল অমনা হায়রি তাকয়েল পাংকী লৌখোং তৌবা লোইশিনখরে। তাং ১০।২।৭৫ গী অয়ুক পুং ১১ দা লৌখোং হাংদোকপগী থৌরম অম মুখ্য মন্ত্রিনা প্রধান অতিথি ওইহনা পাঙথোকখি। ...লুপা লাখ অনিরোম চংখিবা লৌখোং অসিনা চহীচুম্মা ঈশিং চাং নাইনা পীহনা লৌউ শিংউদা অচৌবা কান্নবা অমা ওইরগনি। মসিগীদমক্তা প্রজা-শিংনস্থু লৌউ শিংউ বিভাগতা আভিনন্দন তৌখরে।'

## (৪)

লৌখোং শঙ্গাবা মুমিংনি।

চাউরবা সামিয়ানা অনীনা অচৌবা মাঙোপ অমগুম্মা উই অপিকপা শঙ্গাবুং অমত্তং থাকলিবত্থু। সা মিয়ানা থল্লিবত্থগী নোংচুপ থংবদা নৌনা তৌবা লৌখোং লৈরি। ফৈনা লৈবাক্তা পল অম্না খারি মনাক্তা যোংপাক অমা থিল্লি। অহনবা লৈবতা ঙায়রিবা অমা। পল অত্থগী তুবেললোম থংবা লৌখোং অত্থু অয়ুক অঙনবদগী চেনবোই চেন্দবোই তৌবা খোংবানগুম্লবা নম্বুল তুরেলদগী ঈশিং চিংখৎনবা পম্পকী মতেঙনা ঈশিং থলহনখবে। শঙ্গাবগী থৌরমসিগীদমক নম্বুল খোঙবান্দা ঙরাংদগী পম্প অনীসি খিন্দুনা থমলকলিবনি। অয়ুকতগী লাউ-খোংনা ঙংহনা ঈশিং চিং-খৎপগী থবক হৌরক্লি। মসিনা ময়াং কংলবা নিংথমথাগী নম্বুল তুরেলবু হেন্না ময়াং কংলবগুম উরি।

পুং ১১ দা হৌগদবা উৎসব অত্থু লৌউ শিংউগী মন্ত্রিনা মাগী মুপী মনিরৈমগা থুংলবত্থু পুং ১১-১৫ তারে। মীযামনা তরাম তরাম ওকই। মুখ্য মন্ত্রিনা পুং ১১-৩০ দা থুংলরে। মুখ্য মন্ত্রিনা হেক থুংলবগা লৌখোং হাংদোকপগী থবক চত্থরে। মন্ত্রিনা য়োংপাক অত্থনা লৈপাক অত্থু অমুক অনিরকতং খে ৎকৎপদা পন

অঁইহ নমথায়রহ্না ঈশিং অহু ঙকনবা ঈচেলৈবা লোয়নবা লৌবুকশিং কাইনা লৌথোং অহু চেঞ্ঝরে। মীয়াম্না খুবাক খুই। কোন্তো নম্বই।

লৌউ শিংউ মন্ত্রিনা মীয়ামদা রেনথোকপ্রবা মাগী পাওজেল অহু মশানা অমুক পাথোকই। মীয়াম্না অমুকা লোইবদা খুবাক খুই। মুখ্য মন্ত্রিগী অন্তেনবা ভাষনদা লৌউ শিংউ মন্ত্রিবু থাগৎলি। অহুগা লোয়নননা অসিগুম্বা লৌথোং কয়া তৌনবা প্রস্তাব কয়া তৌরম্লগা শিংজমৈ কৈথেল রেংশিনবিবা লেঙথরে। লৌথোং তৌবগী চাউরবা থৌরমহু লোইশিল্লে।

( ৫ )

চহী অনীগী মতুংদা।

লৌমীশিংনা নিংথমথাগী লৌউনবগীদমক শেম শানরে। তুরেল মপানগী পম্প শঙ্গাবগী মুমিৎতুমক্তদা পুখৎপ্রবনি। হৌখিবা চহীদা কনানস্থু নিংথম লৌরোক তৌনখিদে। হন্দক্তি পম্প য়ায়নবা লৌমীশিংনা শেন থায়নরগা থৌরাং তৌরে। ময়াং কংলবা চেনবোই চেন্দবোই তৌবা নম্বুল তুরেলহু উরগা নীংবা কায়নৈ। অহুবু উপাই অমা তৌহ্না ঈশিং চিংখৎনবা থম্নরি। তাঞ্জাহুমক্তদা লৌথোংহুগী মপান্দা দোজব অমা থুংলরে। জিপ অনীথক্তা।

মেপ অমা ফাক্তোক্তুম্না ইঞ্জিনিয়ারহ্না মশা নানবা ঠিকাদার অহুদা করি করিনো খুদোম্বীনা লৌবুকশিংদা থিন থিনহ্না তাক্লি। অহুগা য়োংলি তিংহ্না মী থরনা চৈ য়ুংলি। হৌজিক্তি অচৌবা লৌবুক্তু চৈ মতেক ঙাক্তা ঙায়প্রবগুম উরকই। লৌমীশিংহ্না তিংঙক তিংঙক য়েংই। অহুদগী ডোজর অহু ষ্টার্ট তৌরকপগা লোয়নননা চহী অনিগী মমাংদা তৌখিবা লৌথোং অহু ফুনবা হৌরকই।

ইঞ্জিনিয়ারহ্দা লৌমী থরনা য়াম্না হঙ্গোইনা হংই—

—লৌমোয়রবিনু 'কনিশিনা' ফুনবিগিবনিশু ?

—ইমাঙ্কুংবি লকপাদি, লোইশঙ মমাম পাবা তারে ।

—অদুক ফুরুপ ঐখোয়না' লৌ উবগকনিবনিদি ?

—অদুদি মরকাদা হায়বীক । ঐখোয়দু মখোয়গী হকুন ইকজবনি । মকমনিদা ওফিস মমাম অমা পাও হায়দুনা হায়বদগী শাদৌরিবনি ।

'অমা তানবদে । ভুমিমা অহুম চপ সেপ্তনা লৌমীশিংহুমা ডোজরনা লৌখোং অহু অহুম ফুমজিল্লক্লিবহ য়েংনবি । অহুমা লৌবুকশিং অহু নৈখাইরকপদো । ○

## পোলাং

'ইতৈমা, পাল্লা অমত্তংগা। পাল্লা অমত্তংগা তৌথিসিনে?' ঐঙোন্দা অমুক শুনশিল্লহুনা রনজিৎনা হায়রকই।

'কুইনদি কমলশুমসি।'

'চৎলগদবনি। পাল্লাসিমা হেক লোইবগা চৎলগদবনি।' অরোইবা গ্লাস তঙ্খায় অতুমা থয়াৎ অনিদা চেন্থরকপা মখৈ চিংলগা ময়োল ইফাই ফাইনা হায়রকই।

কষ্টমর হায়ববু অপিকপা মোৎলবা কা অতুদা ঐথোয় অনিদনি। মসিগী মমাংদা মী কয়াম লাকখ্রবা থঙদে। লাকলমদবসু য়াই। মরমদি য়াম্না পিকপা যুমনি। চানবগা অমত্তা ফংদে। অতুগীসু মথক্তা য়াম্না মোৎলি। কা অপিকপা অতুদা কাংথোক্ত অনিথকত্ত শমনরগা থারি। মতুগী মথক্তা শেগাইরবা পোমকি থরসু তারি। অঙাং অনিমসু অশিবগুম তুম্লি। মচী অমদনা

টাকখুম্নহু ওইরি। অংখার অমা হাংদোকপা থোংনাওহুগা মারোর্ক-মা রনজিৎনা কনী। তুমিন্নাংগী পুং ৭–৩০ রোম তাহুনহু থ্নাই-রফল বাজারগী অনিনবা হুহুগ্রি। অনকপা রেডিও তুকান্দগী হৌনা হৌনা থোংবা রেকোর্দ প্লেয়রগী মথোল তারি। থোঙনাওদা য়েংথোকখিবদা কজনা লৈতেংলবা ফোরেন লিকরগী তুকান্দু উরি। শো থোক্ত মথুংদা কজরবা লিক্লিশিং থিল্লিবহু ইলেক্ত্রিককী মঙালদা অথাপ্নদগী উরি।

'কুইনা কমগম্নুকো।'

মঘোল থোইরপ্না ইতৈমনা হায়রকই।

'তাল্লবগী রারা?' রনজিৎনা থাঙ্গৎলুরবা গ্লাস অহু অমুক থম্নহুনা হংলকই।

'নখোয়গীদমক হায়বনি পুলিসনা ফারবদি ইকাযদ্রনে?'

'ইকাইবা? কনাদনো ইকাইগদৌরিবা অসিবু? পুলিসপু অমুক কিকথিদ্রা? কাম্নদে ইতৈমা ছৈবেং অমা তাও।'

হকচাং অসে ঐসু ইপঙ পঙথরকই। রাগা ইঙাং ঙাংনখিদরে। অহুবু অমুকমু গ্লাস তথায়হুমা ঙমশিন্নবা হোৎনক্ররি।

'তু, মিনিষ্টর চাওতোনগী কারনি। ঐহাক মশক চপ চানা থংঙি। মাবু ইংরাজি সেন্টেন্স অমত্তা ঙাংহল্লু। সুপ্নতগী সেন্টেন্স অমত্তং। ঐহাক পেনগে।'

'করিনোনে রনজিৎ?'

'মিষ্টর মনিমোহোন। এগ্রেট ওরেটর। এ কিন পোলিটি-সিয়ান। ডুপ্লিকেট মিনিষ্টর চাওতোন। কারদগী চৌজিক কুমথরক্লে।'

ঐহাকসু তন্দে মান্দে থোংনাওদা য়েংথোক্লরি। অশেংবমকসু কার অমা ফোরেন লিকর সোপতুগী মমাংদা থাম্নী। অহুগা

মগুং মখিল নাইদনা নোয়বা মনিমোহোন। লিরি মখিরোম বেগতা হাপচিনবা লাক্লখি। চৎলমদাইদা হুকান্দারনা খুৎ শোকখি।

'কায়দে ইতৈমা শৈরেং অমা তাও।'

'করিনোনে শৈরেং হায়ববু?' ইতৈমনা অমুক হংলকই।

'শৈরেং হায়বদি— শৈরেং হায়বদি পুন্সিগী মাহৈ থরনি।' মসি হায়রগা করেম্মনা হৌনা নোকখি।

'শেৎলিবা খোংগ্রাও তৎশিল্লক্লে,

লিংলিবা ফুরিৎ শেগাইশিল্লক্লে

নোংমা ঐনা মাঙখি।

ঙসিদি করিমতুবু থল্লুদরে

কৈজোম থোকতোকলগনি শাগুম্মা যণগুম্মা।'

অতুদগী অমুকস্থ ফাক ফাক নোকথোকলকই। করম্বা মাখলদগীনো খঙদে ইতৈমস্থ য়াম্মা নোকখরে।

'চৎলসি যুমদা' ঐনা ভাব মেন তাদনা হায়রুরি।

'করি তৌরুনি য়ুমদা। শেগায়রবা য়ুমতুদা। ঐগী ইমা হনুবীতুগা করি মারী শারুগনি। ফমুংতুদা তুন্নগা করম্বা মুংঙাইবা মঙ অমা মঙলুগনি? কান্নদে ইতৈমা মুংঙাইবা মারী অমত্তা লিয়ুবা?'

'কদাইদগী মুংঙাইবা মারীনোনে ঐনা লিগদৌরিবো?'

'মুঙাইবা মারী অমত্তস্থ লৈতবা? নোংমতস্থ থম্মোই মকা ল'মা নোকখিবা মারী অমত্তা লৈখিদবা?'

অমুক মথা তানখিদরে। মনজিৎস্থ নেশানা হাইফেৎ পঙ-থরক্লে। মকোক্তু ইরেক লেকথরকই। ঙৈহাক লৈরগা মকোক্তু হায়গৎলকপা তৌদনা তপা হায়রকই—

'হুকান অতু থিংখিরোই। ঐনা হায়রিবসিনি হুকান্দু থিং-খিরোই। ডাক্তর বাবুতুস্থ অথেঙবদা হৈনবীনি। অতুগা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবতুদি গিলাস অমনিদং থাজবদি মাগী মুপীগী মথেল লুকোই-

লিরম্ম্ খরবা য়াম্লকই। অদুগা, ঐদি লুংঙাইদা তুমদুনা লৈরি। চাকপুম্বু নিংথিংলম্লোই।'

ইতৈমদা মমায় থবিক্কং থাজংলগা হংলকই—

'কাদদি? হৌজিক কাওবা কদায়দা চংথ্রিকলো?'

'শঙাইথেলদা মখি মত্তা থরা লৈ। পৈশা থকা হংলুগনি হায়রহনা চংথিবনি। কৈদৌনি কায়বায় অসিনদি চেং অমুক তাংবসিদা। য়ুমগী ভারা শোংলদা থোরনা লোইরে।'

'লুংঙাইবা য়ারী অমত্তা তারোইদবনি। চংলগে। গ্লাস তখায় অমত্তংগা, য়ুমদা চুমত্রিং চংথিনবা।'

'ওরে, তোক্লোনে।' ইতৈমনা হায়রকই।

'অহীঙ অসে থরা লুংঙাইনা তুমগে, কৈদৌগে?'

লুপা মাপলহু পীরগা হৌগৎলকপদা মঙায়রি। পুলিস মরি মঙাহু চঙশিল্লকুগা তাপ তাপ পায়রে। থঙনবা মীৎকুপ্তদি ভাব তারক্লে। ভাব তারকপগা লোয়ননা মুশিন মুবা পুলিসতুনা অনি অগ্গুম্বকুং হাইথবকই লীচৈহনা। ঐঙোন্দসু রনজিৎতসু। অহুদগী ঐখোয়বু পুলিস বিট তাম্না পুবক্লে।

কৈফু মনাক্তা ইরো লোথনা ফমলিবা মশা নানবা পুলিস ওফিসারহনা মরোল ফাইরম্না হায়রকই —

'করিগী য়ু থকই?'

'ঈংমন্দুনা থরা থকচরুরে, সার' কদাইদগী রনজিৎনা খুমথিরম্মী।

'নথিবোংহু থকচিন্নবসু কৈফুপ লুম্না শুম্লগা মন্নমদা তুম্বা য়াত্রাও?' ইতন ভঙনা ওফিসারহনা হায়রকই— 'লোক অপতা নিংথম্বা ফনবা থম্ম।' নমথিন্নবা কাহদা লাকুম্না ইনশিনলকই। জ্ঞানদি মপুং ফানা তারে। নিংশিংলকই, ইতৈমসু কাথিবনি মানগা কোয়দা। থোঙগী অহোবদা ইতান ঙায়া উবি—ওফিসারহু চৌকি মথক্তা লেকথবরে।

মথংগী হুমিংনি। খুইরবম্না ইতোমজা হাইখংনি। চিন্নবা হুম্নিবাংবাইরমগী মীয়ামলক্তা। হুকান মপাহু থৌরকপদদি হুমা সেংলুরি। অপিকপা ইতৈমগী হুকান্দুদা। থোঙ লোল্লি। রনজিৎপুম্থ লৈবরা হায়রুনা হাইখেৎ জকোয়বদা য়েংই। লৈতে। ফোরেন লিকরগী হুকান্দু মশা নাম্না থোঙ হাংলি। কষ্টমর অমা অনীম্থ লেপ্লি। মাঙ ওইরপ্পা তাতোম্বা লেপলম্মী। ঐনা হংলুই—

'হুকান থোঙ লোল্লবদি কৈদৌরে?'

'মাল যাখবে, নতৈমম্থ লৌথোক্লবা হোৎনবদা মীঙোন্দগী পুরকপা লুপা ২০০ মম্থ লোইখরে।'

মথা করিবু শাক্লখিগদগে? অঃনবা থোঙগী উপাকুম্থ উরকই। চুম্মী—ঙরাং শঙাইখেলদা তাতোম্বহু চৎখিবনি। যুমগী ভারা পীনবা থিবা। ভাব মেন তাদনা চৎলগে তৌবদা মথা তারকই—

'কারবার হোদোক্লবা শেলম্থ লৈতে। কদাইদনো থবক শূক্রম অমত্তা থিবিরকউবা।'

'হোয়, য়েংঙক্লে।' ঐনা থুম্মী। মসি নত্রবদি করি হায়রুগনি। পুক্নিংদা থল্লকই—ঐনা অমুক তাতোম্বগী থবক থিবা চৎখিগদ্রা?

'অহু য়ারবদি থম্না থুনা…'

মথা তারমদরে। মীয়ামলক্তা অহুম লাক্লে। অহুদগী রনজিৎপুম্থ নীংশিংলকই। মহাকপু ইমপ্লোইমেণ্ট একচেঞ্জদা লৈরমগদ্রা? নত্রগা কদায়দনো মচী অমদা যু থক্লমগদ্রা? ঙসিনা করম্বা মুপা অমনা মহাকপু যু পিথকলমগদগে? ○

# অতোপ্পা তাইবং

থালাসি চাওবগী মপাত্তু মতম কুইনা নারম্লগা শিখরে। চহী মতাংতুগী হায়রুরবদি শিবা য়ারবনি। চহী মরিক্সু শুথরবনি। অহল লাঈনা ওইদুনস্থ শেল তিংনা লাঈয়েংজে। পিকথ্রবা তলব অহুনা ইমুং মম্লুং প্পুনবা হোং-বদা ফেরে ফেরে হাইরিঙৈ মতমদুদা কর্ম্ম অমগা অমুক নল্লকপদা চাওবা জ্ঞান মাঙই। মথুত্তা শেলস্থ অমত্তা পায়দে। শেল পায়দে হায়দুনা চেনবা য়াবদি নত্তবনা কনাগা তাম্নগদগে থল্লকই। মরিমতা য়েংলুরে কনাস্থ লৈতে। মচে অমত্তং লৈরিবসিদি আশা তৌনিংঙাই লৈতে। মবাইনি হায়দুনা তৌরিবদুনা হুমিং চুপ্পা য়ুদা ঙাওদুনতা মরে। মীয়োল [illegible] য়াবস্থ নত্তে। ড্রাইভর ওইরম্বনি। মশা য়ারক্ত্রুনা গাড়ি লৌবা তোকখি। অহুবু য়ুদি অরুম মথকই। অহল অহুক

ওইরকাওবা। খন্নু খন্নুনগা তাম্নীংডাই ইরৈ চৈলে। মায়ীনি হায়রবা কনাম্ভ লৈতে।

অশিবা হংবা লাকপা থীশিনো মত কয়া লীয়রী। চাওবা মহুপুম্বা তুমিন্না তায়। অমগী মথংদা অমগী মত কয়ামা কন্নকপদা ৱাখলহু ইথোক থোকউ য়াদে।

অয়ুক অমম্ভ বার্ত্তন খয়া ইথংনবা লাকন্নিডৌরা মঙাল লৈকায়গী অহল ওইরবা চাওভল অহু চঙলকই। লৈকাইগী থৌরোক ৱাথোক্তা অহল অমা ওইবগী ময়ামগী তারকম হাক্কমঙ ওইরবনি।

'চাওবা, ঈশৈনা কনানা লাকপা তারবা?'

'অতৈ কনা থিরুদ্রে। এখোয় লৈকাইগী ওইবা হায়রহুনা তা চাওভন্দা ত'রে।'

'ত,রদি শাউনি, মখোলবু ইযা য়াদে। হোয় লৈকায়নিনা মানা সেবা তৌজবনা ফবে। অহুগনে ফিদি খরা ফজহল্লু। নহান তোমচৌহোয়গী শোরাঙু মীনা থীনা ডাঙনৈ। নমহুবু মচু থোক্তবা পাথ্রবা কম্বন্না কুপই। য়েংবদা ফজদে।'

অহল ওইরবস্তু চাওভল মশা নানবা হৌজিক্কি চংনবী নিত্তি চপ চানা মশক খঙবা মীওইনি। হায়া মুঙাইবা ইমুঙ ওইরমদ্রবস্তু মচাশিং তলব চাবা ঙাক্তা ঙায়বক্তুনা খরা কোম্বা ইমুঙ হায়বহু ওইরে। অহুনা মীনা তৌবদা কয়া শীংথানগন্দবগী মওং অমা চাওভলদা উই। মসি পুম্বা চাওবা খঙভি। অহুবু তপ্না থুমই—

'হোই খরা য়েংহুনা তৌবা হায়বহুনি।'

ঙহাক ফমহুনা ঙাওলম্নগা চাওভলহু থোকখরে। অহল অহুনা হেক থোকখিবগা .চাওবস্তু খর খরা হোন্দোক্লবগুম খঙ্গে। অহুবু কুইদে হৌজিক্তা মং কুম্নকপগুম মাগী মচে থম্বালশংবীদো কোম্বোং-লোমদগী তেংথা তেংথা কপ্লুনা চঙলকই। চহী কয়াগী মমাঙদা লৈখিদ্রবা মমাবুস্তু অমুক হন্না কৌহুনা তেংথা নাওইরকই। চাওবা

মপুংঙী কাইম অহু খমহুনা মরূ লুকখহুমা তুমিরা তায়। মখৌরা পিগী ঈরা চেল্লুকপ' শুম তৌই।

'চাওবা ঐ মতে অমাসুং ঙাংবীনি। কিজিনা মপিঙু তেখোক তেখোক্লা হায়রকই—'মানিঙু য়াম বাজবিবনি। শাত্রা ওইনা ঐখোয়বু য়োকপি থাকপিরকপদা।'

অমুক শুং শুং তৌরকই। মমায়হু ঈরকি কিজিহুনা থুমহুনা। চাওবা তুমিরা অত্তমক তায়। মতুং মতুং মখা তারকই—

'অমা খওদে-অমা খওদে শৈজাদদি কন্নহুনসিকো। মচেগি মওগী মতুং অমত্তমু পাংবা ওমদরে। মরায়বক থীরবী মচেবু য়ারোগলুকো।'

চুম্মী মরায়বক থীনবী মচেনি। চাওবা মচেবু মমানকম্লা খঙে। মচেনা মমাশক্লা নাউকোনবীরকই। খুম্বাল চাখিদ্রবী মচেগী মতুং মহাক্নমু কবিমত্তা পীবা ওমজখিদে। মচেনা হিক্লা হিক্লা কল্লকপহুনা মপুক্লিং মুংশিরকই। মখোল নিকলপ তৌনা হায়রকই-

'ইচেনা অপাম্বহু ঐ লোইনমক তৌগনি।'

মুংথিলগী দশাহরনগী লাইরিক তাবহু লোইবগা মাগী মুপী ইবেমহলনা হৌদোবকই—

'য়ারবদি চিড়াগী মহুত্তা তলনা করোইদ্রা? হৌজিকি মতমদবু কনানবু শোরাত্তা চেঙপাক তৌনবা য়াওব্রিবগে?

'ইনাক খুনবগী মতৌহু ঐসু লোইনা তৌ হায়রিব্রা?' খোল অহু খরা কল্লপ তৌখি চাওবা।

'লায়রবা কাওবা কনাসু চেঙপাক তৌনদ্রে। মীগী মমাত্তদা ইকাই হায়বগী য়ানি।'

'ইকাইরদি মুম ইংখোল অসি য়োমগা শোরাত অসে চাউনা হেক শোক্লসিনা?

'যুম ইংখোল য়োননি হাযবা নত্তে। নাম কম্বুনা কোং ঙনপ্রখা অহলহুইনি লোইরবনি। 'অয়ুক হুন্না লাক্লবোইরবনি। অয়ুক হুন্না ওংলবোইদবনি। অহুইনু মথক্তা মরাপ মপাংশিংগী মমাংবা নওগী ইচজং খজিক্তং য়েংউ হায়জবনি। এইখোইদি লোবাক্ত শোলবহু শোল্লবহু যেন্না লৈজদে।'

ইবেমহলগী মায়খোং অহু থংওন ঙনবগুম ৱোই। মপুক্তিং হুংশিনবগুমমহু ৱোই। চাওবনু মাগী হুপীগী মত্তোহুদা অশাওবহু নেমথরকই। কুইনা মুখানমিল্লমক্লবী মাগী হুপীবু মহাক মশক খঙ্ডি। কনাগুম্বা মৌদি মনেম মকুবু লুনা ৱোবদি লায়অহুনা মিংছিনা হুন্না কাও য়েংদবা কয়া মাওরিবনি। অহুমক্তি ইবেমহলগী মকমদা থোক্তে। মনেব মকুগী সেবা হেক পোকপা মমা মপাগুম ৱোজখি।

'থবক হায়বসিভবু লায়রবশিংনা ৱোবদা নোক্নে। ইনাক খুনবনা ৱোবদি থক নোক্লদে। মীনা নোক্লনি হায়হুনবু কদায়দগী শেলনো?' চাওবনা হুন্দক্তি ইতপ তপথনা হায়রকই।

'শেলদি উপায় অমা ৱোহুনা পুবা লঙবা ৱোবা তারেদনা। অহুক কুইনা থবক ৱোমিল্লরক্লবা সাহেবশিংদগী থন্না মপুবিবু।'

'ঐখোয়গুম্বা থবক মচা মগু ৱোবশিংগীবু মখোয়না করি খনবিগদগে? পৈশা পুগে হায়বদা কনানা থাজবিগদগে?'

'মখোয়গী থোদোক বাথোক্তদি নখোয়বু অবৈবা মীনাইগুম্না হেক হেক শীজিন্নবদাইনে? মখোয়গী শেলহু তলবতগী থবা থন্না কক্লবহু য়াই। পোথয়েং চয়েংদগী থন্না শিংবহু মন্নাই।'

মচামুপা অহলহু চঙলকপদগী মথা তানদরে। চাওবা কৈদোংহুংদহু মচাশিংগী মমাওদা লৈত্ত লায়রগী বারী শাবা থক পাংদে হায়বা মাগী হুপী ইবেমহলহু খঙই। মাহু অহুপ্পক নমশিনথরে।

অহূিং অত্থু কনা খেজলে। চাংবা ফুম্বা ইং। ফুরে। অয়াং-কনন, বাকোল্লা ভাল্লিবা পোৎচৈগী হিসাব মমীং উইশিঙ্গা পাই। হল্লা হল্লা পাল্লবনি। ককথোক ককশিন কয়ামদু তৌরবনি। খল্লকই— পুক্নিগী হিংলিবা মহিং অসিগী মরমদা। ইত্তোপ তোপ্পা তাইবংপান্দ অমগী মফুংদা লৈবা অমত্বগী তাইবংপান অমগী মফুংদা লুপ্তনা হিংলিবা পুক্নিগী মশক অমা উরকই। পুন্নিদা অমা অমা কয়া খেংনথরে। অদুবু মহাক পুক্নিগী হিংলিবা মহিং অসিগী মরমদা খোংমত্তা খল্লুদে। অহুক য়াম্না তয়াং তশোইবা-নিংকোক নিংকোক লাউবা অমত্তু মশাদা ফাংবগুম তৌরক্লিবসিন্তু মপানা হেক লৈথিদ-দগনি। ইমুঙ অসি ইহাঙ হাঙবগুম তৌরকই। হৌজিক্তমক খল্লকই— মপাহুনা অহল ওইনা নাহুনা লৈরম্লবন্তু মঙাক লৈরম্বহুনা ইমুঙ অসি কয়াদা লুম লুম লাউরমগ্রবা? হৌজিক্কা কয়াদা পূর্মচিক চিকগ্রবা? ইবেমহলনা ঙসাইতা অকোনবদা পনখিবা ঘাহৈশিংহুন্তু নীংশিংলকই। অচুম্বমক্কি অচৌ অশাংগী মফমদদি মথোয় মীনাইগুম্বনি। অদুগা মাগী ওযিসকী থবক তৌমিল্লবশিংবুন্তু মমীত্তা উরকই।

*

মুমিং অদো মুংশান্তু য় ক্লা শাই। মৈশাহুদা সড়কী কোয়লাস পুম্বা শোদোক্লে। মুংশাগী মৈশাগী মথক্তা শোদে'ক্লবা কোয়-লাসকী মনিলহুনা অমুক্কা হেন্না শাবা হেক্কংলি। শারবা মুংশাহুদা সড়ক মপানগী অকুৎপশিং লৈপাক মেনলিবহু মথোয় মঙানি। মশা পুম্বা হুমাংনা লুপ্পা মখৈ। মোহোরি বাবুহুনা উথা অমদা ফমহুনা থবক তুরিবহু য়েংহুনা ফম্নি।

'নখোয়বু নয়ুমগী হুপী অঙাংশিংগী মমাঙদা সিবু থবক্লি হায়হুনা তৌরিবসিবু ইকায়ম্রো?

ঐখোয় য়ম্নোম্নবা/১০২.

য়েংপ্লাক্ত অদু থন্নগা মোহোরা নোক্লুনা হায়রকই। মুন্নামদু নোকই। তৌদ্রবদি পুক্লিরু পায়রে। মখোয়না নোক্লিবদি য়াহুংদুনা নত্তে। মোহোরনগী শককমদুদনি। চায়রুক্তু চপ্রিক চন্নগা মথদাং অদু ইকোপ কোপ্লদুনা, মান্না নোকপদুদা উরিবা শককমদুনি। মকোক অদুস্তু পুমতাও তাওলে। চহীদি নহানি অদুবু শককমহুদি হন্নরে। অদুমওইনমক শককমদুদা পুন্সিগী অন্না অনাংগী মুখি অনদি লে হ্নরে থম্লি হায়বা চাওবদি উবগুম তৌই।

'ঘু গী মুপীদা ওফিস কাবা থেওথরে চাক ওন্না খোংদে হায়রদুনা চাক্না চাদবমখৈ থংনদুন্না যোরক্লিবনি। থংমখৈ থংনরগা নতৈমনা তানরক্লুনা কোম্হোংদা ক্না অমস্তুংদি পিজরকপ্রা। মুংদি মুংশিহে নত্তে-দো।'

অমনা অমুক হায়রকই।

'অদু অদা থংদে। ওফিসতদি কুলিগী থবক তৌজরবস্থু যুনগী মুপী অঙাংদদি ঐথোয়স্তু নিংথৌনি।'

তোম্বনা ইতপ ওপ্পা হায়রকই।

ঙসাইমখৈ উথাদা ফমদুনা বিড়ি মচৈ অমা চিংলিবা মোহে রি বাবুনা হায়রবই—

'করিনো, বান্নী শূনদুনা লৈবদি? অমুক্তা থবকসে লোই-শিনসে।'

'ঐখোযস্তু ওহাক পোত্থ বস্তু য় ইদনা। শা যনমকশু নত্তে।' মোহোন্না থুগখি। শোম্মাংননা অমুক তাথিনি মতাগুম হায়রকই—'করি থোকই হায়দুনা চাওজনিং শারিনো?'

হায়জবতনি। মচীন্দগী বিড়ি অদু হুন্দোক্তুনা য়োংপাক পায়খৎলকই। শারবা মুংশাদুদা মখোয় অমুক থবক শূবকই। মচীন্দা কাওথোক্লদ্রবস্তু ওফিস লোইগদবা পুংফমদু থুনা ওইহল্লিং-লকই। মীংকুপ থরগী তুংদদি মোহোরি বাবুদি উরুম লাংলবা উথাদুদা নাখোক্তুনা তুমথখরে।

তুমিং ছত্রীনি। এক্জিক্যুটিব ইঞ্জিন্যার সাহেবকুমী তুরাঙ্গী লুহোংবগী থবক্তা তৌখিবনি। ওফিস কাবদি মহুত্তা শাগী মতুংদা অমুক্তগী তুমিং তাবা ফাওবা থবক লৈখি। চাউরবা ইংখোলদু শিং মালহনবত্তা নত্তনা থিকাদারশিংনা ইঞ্জিন্যারশিংনা পাল্লকপা অউনপোৎ ময়াম অমা হোৎনোক হোঙ্জিন তৌবদু মপুম থিৎলি। চাউরবা শক্তোই অদু অউনপোৎনা শিক হেক থল্লি।

তুমিং থরনিদু চাওবা চাকম থককম থওখিদে। লুহোংবা তুমিংকি বড় হেক থুংলবকাওবদা ময়ুমদা চত্নবা মফি হোংবকাওবা শংখিদে। অদুবু তাল্লক য়েংহনা ময়ুমদা ওহাক্তং চেল্লকই।

ময়ুম য়োংবগা মাগী তুপী ইবেমহলদা হংই—

'পোৎয়েং হায়রবদু কমদৌরে?'

'লুপা য়াথেদি ইচেতোম্বীদগী ফনেক য়োল্লগা পীগে হায়রহনা লাক্লে। মীগী মরুপ তুমবা শেলনি হায়।'

'য়াথে থক্তা?'

'মসীফাও য়াম্মনথরেদা। মাইবগী দক্ষিনা থানবফাওবা লৈত্রবনি।' কমশেম্ররিবা মাইবগী বা পল্লকপদা মপা অন বহু নীংশিংলকই। তুমিং তুম্রিরোমসি মপা অনাবদু হন্নফাওবা য়েংত্রবনি। হৌজিকদু মফি তনহোং হোংলগা অতুমম লুহোংফমদা থে মক্লে।

*

অয়ুক অঙনবদগী ইঞ্জিক্যুটিব ইঞ্জিন্যার সাহেবকী মুমদনি হায়রহনা থোরকপনি। অহীং চুম্না নোংঙান্বা কাওবা ঙাইবা ওগখিদে। অদুবু থোঙাল য়োবদদি তুমফাও হৌগৎলমদবা মাই থন্দুনা কোহোং মপান্দা লৈরিবা অপিকপা হোটেলদুদা চাওবা চওদুনা চা থকই।

নহা অঁনীখক চঙখি। কাংদা লাকপা। চাওবা মখোয়বু মশাক থঙতি। অমদি নহা ওইনা পৈশা শায়রবা থিকাদায় মশিকায়তনি। চাওবা মখোয়না থোরকপা ঙাইবা তাই। থোরকপনা থোরক্কে। অপিকপা হোটেলতুদা কময়ক্রিক্ত পুং অমরোম ফায়মলংনি। মথুমদা লৈহৌরিবা থবক ময়ামতুদ্র মমীত্তা উরকই। ফম্বা ওমলক্লুতুনা চা গ্লাস অমতুগী পৈশা পীরম্লগা ইঞ্জিন্যার স হেবকী যুমদা চঙলকই।

'মৈগা চাং নাইদবসিদা ফিলম হুঙাই হুঙাইবগা অমত্তা য়েংফম থঙব্রবনি।' মী ফমফম কাদা মেম সাহেবকী মখোল তারকই।

'হোঙ্গা অমা হোরেন হেক্কা থিজরক্লগে।'

'নহাক্না লৈরগদবনে অহুদা মৈ হেক লাক্তবগা নীংশিংবা।' অমুক মেম সাহেবনা নথা তাখি। দারি মপান্দা লেপ্পা লেপ্পা চাওবা পূম্নমক তাই। কনামত্তসু মপান্দা থোরক্কে। চাওবা অতুন লেপ্লুনা লৈ।

'তামো, হোরেলদি পার্টি অমা লৈ। তামোসু য়াওবিদবা য়াদবনি।'

'কদায়দনো?' সাহেবকী খোঞ্জেলনি। অহুবু খুম্বা কাওবা নংদ্রিঙৈ মেম সাহেবনা মরক থংখি।

'পার্টিসে হাকনল্লেকো। ঐ য়াওব্রবদি পার্টিগা অমত্তা য়াররোইদবনি। নখোয়গী পার্টিসে ঐ লুংশা য়াম থি।'

মখোয় মরিমক নোকখি। হৌনা।

'লুংশা থিবিসু ইত্তেমা। ইত্তৈনা নত্তনা তামো'দি কনাবু হম্না য়েংজদবনি।' অমুক নোকমিম্নখি।

চাওবা হনথ্রসিরা থল্লকই। অহুবু খনবঙনি। মখোঙ্গহদি থাংদোক্লুনা চংখিবা ওমদে। ইমুঙদগী কনানো অমনসু ঙসাইনা মানা লেপ্লদ্র উব্রবনি। মী অমা লাকপগী কৌ খোংতুনা ফিদা

অমম্বন্থু থাদয়ে। কনাসা খঙবা মহাক্নে থাকাদিপি খঙলমন্থু য়াই। মচোমম্বা অমুক মপাক্কী ঙিক্তম খঙলকই। ঈমুঙনা শানব্রিবা বাখীমহ্, লোইবা নাইদ্রে। শিকাক্ষি য়ুম শাবকী, গাড্ডিগী, সিনেমাগী ওয়ে বাখীত্রবা। ম্যাজোল দাব্রিবী গমলাদা থাব্রিবা লৈ মরামন্থুনা চাওবা পুক্তিং ইচঙ চঙদনা য়েংই। মথল মথলগী লৈশিংহ্নদা। লৈবু রাম্না পাম্বা মাম্না।

তৈহ ক লৈরগা থিকাদাব অনীহ্ থোয়কই। সাহেবনা তুংদা। চাওবদা কল্লপ য়েংলম্মী। কব্রিহ্ হায়রমদনা কোম্বোংলোমদা থিকা-দারশিংহ্ থিন্দোকপা থোকখি। বাব্রী শা শাহুনা। চাংবা তুব্রিরা দাব্রি মপান্দা লেপহৌই। হুন্দকমু কোম্বোংলোমদগী পাক চঙলক্লে। পুং য়েংই। অমুক অঙনবদগী থোরকপনি। হৌজিক্কি পুং নিপাল মথায় হেনজিল্লক্রে। হুনগ্রসিরা থল্লকপগা সাহেবতু চঙলকই।

'কব্রিগীনো? কব্রি লৈ?' সাহেবনা থৌ রা শাদনা হুংলকই।

'মুম তৌকবনি। ননাই ঐগী ইপাহ্ লৈখিদ্রে। শোরাত কাঙবদং পৈশা খরা পুক্তগে হায়জবা লাকচবনি।' চাওবনা থৌনা ফুদোক্লুনা হায়রকই।

'করা য়াম্বা শেলনো?' ওহাক লকক তৌরগা মথা তাথ-রকই।

'ঐদি শেলহ্ন অমত্তা হৌজিক্কি পায়দে।'

'অয়াম্বা নংচদেদা। লুপা লীশিং অহুম মরিখত্তনি। থুনমক শিংজগে।'

'শিংবা শিংদবগীদি লায়থোকগ্রহুনা অহুক য়াম্বা শেলদি ঐদি কমায়বগী লৌরুনি। লুপা চঙম মরিফুখক লৈরমগত্রা?

ইমুঙদা পরুপ পরুপ চঙখি। লুপা চন্নীবক শায়রগা থোরকই। চাবেদ পী। চাবেম্নু নীংজিং মাঙজিংমে।

'মাজরনি সাহেবপু। মরুপ মপাংদগী থরা খিজকখিগে।' অনি হায়রগা থোরক্লে। চাওবা অসি মৌনা মপুন্নিদা ইকায়বা মাঙখিত্রি। মঙগুম্মা কোম্তোংলোনদা থোরকই। শোরাত বার্ত্তন তৌরবউ হায়রবনু চাওবা তাবরা তাদবরা খঙদে।

চহী কয়া অরা মুঙাই লেনমিন্নরক্লবা, নোংজু মুংশা থাক্তনা ধবক কয়া শৃমিন্নরক্লবা মরুপ মপাংশিং শোরাত মমিৎতুদা ঙত্তা ঙত্তা লাকখি। হেক উবদা ফাগী তৌগদবা মাল্লবা মোহোনগী মায়থোংদবাও ভরংবা যেংঙদে,কংগী শকফম্মা হল্লকই। মান্দব ময়াযদা চংতুনা ভক্তি তৌজে। নট সংকির্ত্তনদা পৈশা থায়। শুম্ফদি মাগী মপা'র নীংশিংজতুনা মান্দব ময়ায়দা ও থোংনা কপচে। নহানমখৈ ফাগী জোগায় তৌমিন্নতুনা লেনমিন্নবহা মরুপ মপাংশিংতুগী মথম্মোয়শিংদা কদাইদনো তোপ তোপ্পা পুন্সি অমমম লোত্তুনা লৈরম্বদু চাওবা উজরকই।

নোংপোক থংবদা শেংফা অমগা টেবল মচা অমগা নম্না থারিবনু শোরাত লোইরফাওবদা কনামত্তা ফমখিদে। কনাগীদমক থারিবনো হায়বদু মুংশি তোম্বীগা চাওবগতনা থঙিল্লি। ০



অতোম্মা তাইবং/১০৭